# চীঙ্তাগী মৈখু

খোইরুম মোয়োন মীবোক,
হুনা য়েংবা মীংয়েংনা
নুংশি মাগী শৈহৌকম্নী।
কায়নবা থুংনবা নুংশিগী লিলানি।

# কচ্চবা

চীক্লা ইহুম্লবা
তরং মালং লৈকোন্দা
তাইবঙ লৈশাং তমম্রবী
ঐগী ঙম্মোয়গী চান্নবী।

উজ্জহোদবনা লৈবাং লৈশক
নিঙমদবা পীরাং শিঙ্থবি।

মৈচাক্লা ঙাওরবা নঙুনা
নখুম্না থম্বাল অনিদ';

পম্বো পোকপী শীঙেল-ও !
কচ্চরি ব্রাগল মথেলসে ।
লোশিনবীয়ু নম্বাগী খুদোল
"চাত্তাগীমখু" ই'বোক-ও।

—নঙু—

দি: এম: হাওবা

# চীঙাগী-মৈখু

[ যমুনা-কান্ত ]

অহানবা

## "ব্রাখলগী মীৎয়েং"

নংগী মিনোক—নংগী মিৎয়েংদা ঐনা ঙাওখিত্নুনা ঐগী পুক্নিংগী নিংখিবা পুন্নমকপু কৎথোক্লবা নত্রা ? অত্তবু ঙসিদি হুং-শিবা নৈনম চেক্ত্রে, খোইথুম্লবা নৈহি পকত্রে খন্দুনা চুপ্নোকপির-ম্লবা। লৌনম্বা নিপাগী মপোকপু থাজ্জ' লা'দা থুত্তনা অপাম কাদা নাওখি শারুবদি মপুরোইবনা ইম্নোক্লবী হুজ্জা ওইয়ু তম-প্রবোই, যমুনা ঐগী লাইবক্তা। পম্নোগী শুমাংদা মদোম কমত্নুনা হৌখিবা পুক্নিংগী থোদোক কয়াবু নিংশিংলক্লি। মীওই-বগী পুক্নিংদা খল্লাইদগী হুংঙাইবা মতমদি নহা ওইরিবৈঙে, মীগী খদাং মখা থাক্লিবৈঙে মতম অসিনি। অছবু নোনা ইরাংদা তাওত্তনা ইশানা ইশাগী হুংঙাইবা মতম মাংহন্দুনা মীখা রাহৈ থাজ্জুনা য়ুমগী মৌনি নৈতেংলুবনিকো। মদোম খন্দুনা থম্মোয়-হুংদা কপচরি।

ইংলবা থাবলগী অহিং ওইবনা নিংথিবা থাজবু উরগা হৌ-খিবা থাবলগী অহিংগী থোদোক কয়াবু নিংশিংলক্নি। লাইশংগী মমাংদা নূরা পাখং অনিনা থম্মোয়গী অনিংবা আশাবু ফোংদোক্ল-ত্তুনা অহিংগী অচিকপবু থুগাইখিবা. লাইশং মনুংদা ভাম্বোইরিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু শাক্কি ওইহন্দুনা রাশক কিশি কিনখিবা। নূরা পাখং অনিগী মুংশি পরৈ উরগা কৌজেং হারৌ খিবিক্লা ঐখোয়না শাক্কিনী খোংলকপা পুন্নমক যমুনা. রাথলগী মীৎয়েংদা উরক্নি। রাথলনা হেনখিবনা মহাক্কী মমাংদা মপুরোইবা ওইরুবা উমেশ্বর অত্থু লেপলরি। পাখংগী শক্তমবু উরগা ' তামো উমেশ্বর নংননিকো ঐগী ইনথংলকপা মতমগী মুঙাইবা পুন্সিবু মাংহন্দুনা পিরাংলক্ত. লংথবিরীবা। ঙসি ঐনা থম্মোয়মুংদা চাক্লিবা অসি নংগা তিন্নরুবদগীনি। নোংমদি নংস্তু মী অমগী মুংঙাইবা মতম মাংহনবগীদমক কল্লবা নিংঙমদবগী চৈরাক্কী চৈনা কংলক্কনি। মতম অত্থুদা থম্মোয়গী মীনম্বা খিবিক খংলক্কনি ''।

"নংনা তৌবনা নংনা ফংজবনি"। উমেশ্বরনা রাহৈ অসি হায়রম্লগা চৎখিদগুম মহাক্লা উরক্নি। মপূরোইবগী মহুৎতা উমেশকী মমা-মহাক্কীদ মনেমবোক চিনকবীদো লেপলরে। মহাক্লা অমুক হংলক্নি "ঐগী করি ইরাল"!

"নিপা লৈবা নহাক্লা নিপা নহাগা ওনশিন্দুনা নোক্রেম হাগ্রেমনবা অত্থুনি নংগী নরান্দি" মনেমবোকী পাওখুম্নী "চুম্না লৈকায়গী ইচিল ইপুরা ওইবগী রারী শাবত্তনী রারী হায়বা অসিমকতবু নোক্লিংবা কয়া য়াওরকপা হৌনশানী মত্থুদা নোকচবনি।

"অহুম্না ভাংবদসু খুম্মি। নচাক অসি ঐখোয়গা লৈমিন্নজবা ঙমজরোই। য়ুম অসি থাদোকপিরো শকহেনবী! নমা নপা-নসু রারকতবীসিগা।"

"ঐহাক্না লৈরিবা অসি ইমা ইপাগী য়াথং নত্তে"। মপুম্নোইবা ওইরিবা অহুসু অমুক মহাক্কী মীৎয়েংদা উরক্রে অমসুং হায়রকই "অশেংবনি যমুনা নংগী লমচৎ অসি ঐখোয়না পাম্ব খরা রাৎলে মত্তম থরদং নয়ুমদা লৈরুগে হায়বসু য়াগনি"।

মপুম্নোইবনা ক্নাওবা অশাওবা রাহৈনা লৈতেংলক্লবদি করম্না মপুম্নোইবগী ময়ুমতু থাদোকলোইদৌরিবনে। যমুনা। ময়ুমদা হল্লকতুনা লৈরম্লে। হৌখিবা থোদোক পুম্নমক ঙসিগী থাবলগী অহিংদা যমুনাগী রাখল মীৎয়েংদা উরক্রে।

উমেশ্বরগী মমানা মহাকপু য়ানিংদবগী মরমদি চাওখৎলবা মত্তম ওইখিবনা লাইরিক লাইশু হৈবী পামই। মতুদি যমুনাগী মকমদা থোকখিদ্রে। মহাকপু তমহৌদ্রে হায়বা নত্তে তমহৌরিবনি অহুবু মুংশিবনা হেল্লি অপাম্বনা কাল্ল নিংতুনা উমেশকী তুংইন-লকপনী মরম অসিনা লাইরিক লোমদা য়েংলুরবদি থরা রাৎলি।

অসুম্না মথং মথং ওইনা নিংশিংলকপদা থম্মোয় পুঙমত্রতুনা "ওম্মোকপনি! যমুনা ঐগী পুন্সি, অরা অনংলক্ক ইরোইনৌ তমথ্রবোই" মচিন্দা শোল্লতুনা লাইবক্তা থুতুম্না গুজরী। রাখলনা শাওতুনা লৈরিঙৈদা "যমুনা, যমুনা, নংবু তুমনিংত্রিবরো, নপাম্বুঙসু তুমথ্রে ননাওসু হিপদ্রে" —মমানা কৌরকই

# অনিশুবা

# শ্যামবাবুগী য়ুম

অয়ুকী মতমনি। ঙাওরাম্নরবা সুমিৎনা নোংপোক মায়কৈদা। ঙাম্নোইরকনি লু-হেম্না শারবা চেকী য়ুমগী মাঙোন্দা চৌকি অমদা অহন ওইরপ তোরবা রায়েন কান্তিগী অচৌবা ওইরিবা শ্যামবাবু ক্মত্তনা রাথল কম্না থম্লি। ঙহাক রাখলতোরগা ইমুংলোমদা ওন'শম্নগা "বালা" "বালা" নংবু তারিব্রা"— কৌরকই। মপুম্নোইবগী খোঙেল তাবদা "কবি তাকপিগদব" পাওথুমলত্তনা ইমুংলোমদগী বালানা খোম্নকই।

"ঐখোয়গী কান্ত অসি অমুক্তা কৌরকউ রা অমা মহাক্তা তাম্নদবা ম্নাদে"।

"করম্বা রা ওইরবনো"?

"অত্তে খোইদোকপা নত্তে, যমুনা অসি ঙরাং লাইরিক তমহলগে নিংত্তুনা মিং চম্নমলে। মহাকপু লাইরিক থম্না তাকহনগে তোবনি"।

মচানুপী যমুনা অমুক হম্না লাইরিক তমহনগনি তাবদা মমা ওইবী বালাদো সুংঙাইত্তুনা মাঙোন মচিন্দা লেপলগা "কান্ত" "কান্ত নখোয় পাবুংনা কৌরি অমুক্তা লাও" কৌরকই। অমুকী তোগদবা থবক তোত্তুনা লৈরিবা ইবেমহম্না তাম্নত্তুনা থারকে থুম্নকই। ইমুংলোমদা চংলক্লগা কান্তবু হোদোক্লগা বালানা হায়রকপা রাহৈশিং অত্থু তমলরে।

বাক্সানা মাঙ্গোন্দা লেপলদুনা তপ্পলপ্পা খোঙ্কেন্দা কৌরকপা অসিনা তাকপদি য়ুম অনি অসি শুমাং তিন্নৈ। রায়েল মপু শ্যাম-বাবুনা 'ঐখোয়গী কাস্তু' হায়রিবা অসিনদি ইমুং অনি অসি য়াম্না লোন্নিজনবা তাই। অশেংবনি, ইমুং অনি অসি য়াম্না লুনা তিন্নবা লৈমিন্নরকই। কাস্তুবু শ্যামবাবুনা হেক পোকচবা মচা-মক্নি খক্তনা লুনা চান্না তৌরকই। কাস্তুনসু রায়েল মপু শ্যাম বাবুবু য়াম্না কিনা মপা অমগী মকমদা মচা অমনা চৎকদবা লমচৎ চৎলি। মখোয়গী খেন্নবা হায়রবু শ্যামবাবুনা বামোন্নি, কাস্তুগী ইমুংনা মৈতৈনি। শ্যামবাবুদি মচানিপা পোক্কে। মহাক্কী মচাদি যমুনা অমসুং সুরমালা হায়রিবী সুক্তা অনি অসিনি। নিংথিবী সুক্তা অনি অসিবু মচানুপী পোকচদবনা কাস্তুগী মমা ইবেমহলনা লুনা সুংশিনা তৌরে। ইবেমহলগী মপুরোইবদি মসুং মতম চাদনা তাইবং অসি থাদোক্লমলগা অশিবা লক্তা চনখ্রে। লুপ্পা ওইহৌরবী ইবেমহলনা ইমুং অসি কোইহুনা লৈরক্লিবনি। লুপ্পা অমা ওইরবসু শ্যামবাবুগা শেলদা য়েংনরবসু খোইনা রাম্নে। লৈখিদ্রবা মপুরোইবনা মতিকচানা মচাগীদমক পৈশি-ন্নমলবনি। য়ুমশাসু শ্যামবাবুনা শারিবা য়ুমশা অসিগা চপ মান্নৈ। শঙ্গোম্নগী মহুক্তা মাগুব অচৌবা অমনা ওইন্নিবনি। হায়রিবা মাগুব অসি শ্যামবাবুখোইগী শুমাংদা লৈরিবা মাগুব অহুনি। শ্যামবাবু অমসুং ইবেমহলগী মপুরোইবা অহুগা য়াম্না লুনা পুকচেল তিন্নবা মরূপ ওইহুনা লৈমিন্নরম্মী হায়বসি মাগুব অসিনা খুদম্নি।

কান্ত ছুম্লমবদগী ৎৌগৎলহনা মপা শকলবা শ্যামবাবুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। করি রাবু হায়রকপা ঙাইহনা লৈরুরে।

"ইবুংঙো কান্ত! নচল যমুনা অসি লাইম্লিক অমুক ভমহল্লগে নিংহনা মিং চনবিম্লমলে। মসিদা ঐনা নঙোন্দা হায়গদবদি নচল অসি নঙোন্দা শিম্লরবনি। নংগা তাম্লহনা তরাহুমদোইগুবা (Class X) পম্লীক্ষা অসি ভমহন্দবা য়াদে। নং হৌজিক পম্লীক্ষা লোইখিবগী মতম অসি হাংলিবনি। অমম্লোমদা করিগুম্বা নংগী হন্দক্কী পরীক্ষা ভমলক্লবদি থবক তৌবা য়াত্রি। ব্রায়েন থৌদা (L L. B;) ভমখিগদবনি। মসি হায়গে তৌবনি। নংগী থবক অমা অমা তৌগদবা তৌরুম্লে"।

"য়াম্লা ফগনি পাবুং"—পাওথুম্লম্লগা কান্ত চৎখ্রে।



## অহুমশুবা

# নুংশি মিতয়বা

শ্যামবাবুনা হায়খিবা নুমিৎ অহুদগী ওসি কাওবা যমুনাবু লাইরিক তাকপিরকলি। অহানবদা অমুক খুদিংগী তৌরম্বনি অহুবু অমুকী মতমদদি উত্তম কৌবা অমবু তমবিরে। উত্তম পিকলিবা অঙাং অমা নত্তে মপুং মরৈ কাত্রবসু ইনথংলকপা নহাগী পুল্লিনি। মশকসু ফজবা নিপানি। শম্মা হায়রবদা নুংশি নুংঙনগী ইরাংদা খোংদাবা হৈয়বা নুপামচা অমনি। মহাক্না অমুক্তা কাস্তগীদা লাকতুনা লাইরিক তমখিবদগী যমুনাবু তমবিনবা মতম অসি নুমিদাংদা তাখিরম্মী।

কাস্তনা যমুনাবু পোকমিম্নবা মচল অমগুম লাইরিক তম্বিরকপনি। যমুনানসু কাস্তবু হেক পোকমিম্নবা মবুং অমনি নিংজনা মবুংগী য়াথং হিক্তোকতনা লাইরিক্তা থন্নাই য়াওনা হোৎনরকপনি। অহুবু কনানা থংবা ওমগনি তাইবংগী খোংচৎ—। মপুং মরৈ ফানা ন্নাংনা চাওনা হৌজরম্ব। উপাল ওসিদি ইথং থংহৌদনা মালেম থক্তা তাত্তনা লৈরম্লে কম্লবা ইমাওখোলগা লোইননা ভূরেন কয়া পাখোক্লা চেম্ম্রম্ব। ঈশিংগী ঈচেল ওসিদি পিক্লবা খোংদা চেনবা ঈচেলগুম শহুম কনত্রবা ভূরেলগী ঈচেল ওইরমগে। ওসিনা করি—হয়েংনা করম্বা থংবা ওমদবা তাইবংগী

খোংচৎনি। মচন মবুং অমগুম্মা তিন্নরম্বা হুয়া পাথং অনি নোংমা নোংমগী মীৎয়েং হোংলক্লে, রাঙাং ওল্লক্লে। মমাংখৈগী লমচৎকা মান্নরকক্লে; ইকায় মিৎয়েং চংলকলে। হুরান শকলোন মীৎচিনা য়েংনবা নত্তনা মীৎয়েং মপুং ফাহনবা ঙম্খিত্রে। ইমুংগী মী থংখিনি অকি ঙকচানরক্লে। করি পোৎপু হুয়ানলুহ্না অকিবা ঙকচানরকলিবনে ? করম্বা রাঙাংগী শৈশক্তা অকায়বা য়াওখিহ্না রাঙাং হোংলিবনো ? মখোয় অনিগী মীৎয়েংদা কত্তবা করি উরুহ্না য়েংহৈদবা করি য়েংলুহ্না মীৎয়েং মপুং ফানত্রিবনো। হুয়া পাথং অনিদা হংলুরবদি থংগত্রা ?

থংলে, হংলুত্রবসু থংলে-শাবী শানৌ অনিগী মীৎয়েং নায়েং অসিদা-নিংলিবা অসিনা অচুম্বসু ওইসনু. হংলুরবসু তাকলয়োই। লাইজ-লেমলৈ অনিদি তৎন থানবা হৌনদে। লাইজগী ইতুং-ফমদি মকুৎপা মফমদনি—লৈমলৈগী য়ারেকফমদি লাইজহুংদনি।

অঙকপনি! হুংশিবা—থম্মোয়হুংদা মীতম্নহ্না মীৎয়েং কায়ন চন্নরবা রাহৈ কোচি থাংনববদা লৈয়েংনা থৎহ্না চিৱানগী লৈতেং ওইহ্না অশেংবা হুংশি পাওদম্নবদি ঙমত্রি। তাইবংগী মীনোক কিহ্না পাওদমনত্রিবরা নত্রগা হুংশি শকলোন লাংলুবদগী ইকায় ফিজং থনখিবনরা ? হুংশিবনা শকলাংপ্রবদা তাইবং কনাগী মীৎয়েং কিগদৌরিবনো ? থম্মোয়দা হুংশি মীতমপ্রবদা ইকায়বনা খুরৌবা হায়বসি হুয়া পাথং কয়াগী হুংশি শাজৎনি। থরদং পাওদম্নপ্রবদা খুরৌরম্বা ইকায়বা অসিগু মাংখিবা ওইথোক্কবা নত্তে। হুয়া পাথং অনিদি থম্মোয়হুংদা হুংশি মীতম্নবতা

মঙাইরি, কোংদোক্লব। ওয়ত্রি ইকায়বনা নমহৎপা ওম্লি। যমুনা কাস্ত অনিগী থম্মোয়মুংদদি কনা খংহন তাহন্দনা মদোম মদোম কোংদোক্লরি। চিক্লবা থম্মোয়মুংদা ভুমিয়া মদোম কোংদোক্লবদি তাবিগদবনা তাবা ফংখিদবনা রাখল ঈপাক্তা কোংদোকতবা মুংশিবা ওইহনা তোকলগত্রা নিংনরি। মীৎচিনা কোংদোকচৈ পাখংনা মুজাগী মকাদা—মুজানা পাখংগী মকাদা—খংলবস্থ খংদবা শাহনা লৈনখি। মথোয়গী থম্মোয়না পাম্লবদি ময়োন থোক্তনা কোংদোক-লিবা মুংশি পাওদমহু নত্তে। থম্মোয়মুংদগী হোয়কতুনা চিখান-থোংগী রাহৈগী মুংশি পাওদমহুনি।

করম্ম কোংদোক্লগনি অশেংবা থম্মোয়নী রাহৈদি অহানবদা মচন মবুংগী রাখলদা, হোৎজিক্লা ওয় তৈনবা মুংশিবগী আশা; নিপা হায়বা অসিদি পাঙল কল্লি হায়রিবনি অহুবু হন্দক মতাং অসিদদি কাস্ত পাঙল কল্লবস্থ পাঙলগী মতেং লৌবা ওমত্রে। লৌশিং লৈরবস্থ লৌশিংগী মপান তাংহনা থবক পায়থবা ওমখিত্রে।

যমুনানা কোংদোক্কে নিংলুরবস্থ মো ওইরুরবী মুজাগী পুজিনি নিংলুবদগী কোংদোকপা ওমজখিত্রে। করিগুম্বা মানা মৌগী-শিংদা চল্লমত্রবদি কোংদোকপা ওানমগত্রা? ওমদোর মুক্কা ওইহৌশিংদি ইকায়বনা মথোয়গী লৈতেংনি; থোৎ নৌবদা লৈয়াংগা পাওখকনরিবনি। অহুবু মহাকী আশানি।



মরিশুবা

# মদোম নিংজবা

কান্তগী মমুমদা লাইরিক তম্বা লাক্লিবা উত্তম হায়ম্বিবা পাখং মচা অসি মৈতৈনি। মহাক মমাগী মমুমদা অমতা ওাইজববী মমাগা লৈমিন্নে। মপাদি লৈরবস্মু লৈত্রবা মীওই অমগুম্বনি। মহাক অসি মতোনবীগী মচানি। মীগীদি অতোনবীবু লুনা তৌই হায়নৈ উত্তমগী মপা অসিগী লমচৎ অসি ওন্ন তৈনরে। অতোনবীবু লুনা তোবগী মহুত্তা অহনবু লুনা তৌই। মন্নম অসিদগী উত্তম, মপা লৈরবস্মু লৈতবগা মান্নরে। মপাগী মাইকৈদা য়েংলুরবদি শেল পান্নজবা মীওই অমনি, মমাগী মায়কৈদা য়েংলুরবদি শেল পায় হায়বা য়াদে. অত্থন্নদি ওইবরদা চাবা থকপদি মরাত্তে। মহাক অসি করম্বা মীনো হায়বা তারবদি মতমগী ইরাং পাম্বা মীশক অমনি। ইরাং পান্নবস্মু অহন লমন মশক থংবা মী অমনি; ওাও-শিননরস্মু লাইরিক তম্বগী মরমদি মমান্নবা মন্নামদগী শোৎখদনবা হোৎনৈ। মহাক্কী অকায়বা অমনা লাং-ফাং তোবা অস্নিনা লৈ. কায়গী মীপুম থরগী মকমদদি মহাক্না তৌবা থবক থাজদবা ওইহল্লি অত্থবু মহাক্না মখোয়শিং অসিবু থৌ ন্না শাদনা তৌগদবা থবক তৌই।

অস্নুম্না লেপ্পক্লবা উত্তমগী পুন্সি কান্তগী মমুমদা লাইরিক তম্বা চৎপদগী শকহেনবী মুজা অমা থেংনরুবদগী কন্নবা মুংশি

লাংদা থুখি। করম্বা মুংশিগী লাংনো ? মতোমতা থম্মোয়-মুংদা ভাইবং কনা থংহন্দনা নিংজবনা মুংদা চাক্রকপা মুংশিবনি। মুজাগী নিংথিবী চেংলৌ শেংলবা থম্মোয়বু নিংশিংহনা পায়মমুংদা মুংশি হায়না শোনখিবা অসিনা ভাওচৎনবম্বা উত্তম ভাওচৎনবগী মুভাইবা ইরাং কাওথিহনা মুংশি রাথম্দা লুপলয়ে। অরাংবা মকম হৈনজবা মানা অচিকপা পায়কলে। অঙকপনি! মুংশিবা নংগী ময়াই। নংন তৌনিংবতা তৌবা ওমই। শোয়বা মী কয়াবু নংগী থুজিন থৌরাংনা পাঙ্গল হাপকৎপি। কন্নবা মীশিংবু পাঙ্গল য়াওহবা মী অমগুম্ ওইহনলি। পুম্নমক অসি ভাওচৎনবতা পামজয়বা উত্তমগী মকমদা থোক্লয়ে। থংহৌদনা হুয়কপা মুংশিবনা রাথলবু লমজিংহনা মুজা মাগী মকমদা করম্বা মতমদা ফোংদোকহনা পুক্লিংগী অনিংববু মপুং ফাগদগে থনবনা মথৌ ওইরক্লে। পায়মমুংদা ওমহনা কন্নবা মৈরিগী মৈশা থাংগদবগী মহুৎতা নিংথিবী মহাক্কী নাপদা পাওদমহনা নিংজোল ওইবি মহাক্কী অনিংবা থংদোকপদি অকাযবা করি লৈ? থোইদোকপা অকাইবা লৈত্রবদা মনাক্তা চংহনা পাওদমলগে উত্তমা হোৎনজরুই। নিজোল ওইবী মহাক্কী হায়ফেৎ য়েংলকপা মীৎয়েং উরুবদা হায়ঙমদমা চাক্লা য়েংহনা লৈহৌই।

লৈশা পাথং থিবিক্লা থম্মোয়মুংদা মুংশিবা শক্তমবু নিংশিং-হনা করবা থাবল অচিকপা মতমগী লৈতেং ওইরবা। রাথলনা ভাওহনা উত্তমা ময়ুমদগী থোরকহনা থম্মোয় হুপ্রবী মাগী মায়কৈ অমকই। মুজাগী থোঙ্গাম্দা লেপহনা পম্থোগী শুমাংদ। চেন চোংহনা

থাবলগী ইপোমদা হাওজরবী মহাকপু য়েংজরুই। মতম্মা থেংনজ্ঞ-বদা শুমাংদা লৈরম্বা মুজাশিংনা নিঙোল কাদা চংখিছুনা ভুমথুন তানগ্রবা ফাওবদা পাথং মহাক্তি য়েংনিংবা মহাকপু থোরকখিগনি নিংছুনা লেপতুনা লৈরুই। মহাকতি রাথংদবীগী মপোক ওইখিবনা নিঙাইবা লৈতনা ভুমথুন হুম্ল।

নোংমা মুজাগী মফমদা চংছুনা থম্মোয়গী অথুপ্পা খিবিকপু ফোংদোকলুগে নিংছুনা নাপ্পচিক্কা কম্না কৌজবস্তু শুমদনা শোম্বাং-লবা থোঙ্গেল্লা "সুম্নমাল" "সুরমালা"—কৌজরবই।

উত্তমগী খোঞ্জেল তাবদা পাওথুম্বগা লোয়ননা "কদোমদা চৎপিগদৌরিবনে।" হংলকই। মুজাগী পাওথুম তাবদা হায়গে থল্লম্বা পুম্বা ইকায়বা নোংলৈনা হুমদোকখি। অস্নুম্না নিংশুমদবা ঈরৈলক্তা তাওছুনা লৈহোই।

থংবা শুমদবা মুংশিগী ঈচেলনি পাথোক্কা চেল্লম্বা ইচেলনা থংহৌদনা লেপখি. কংলম্বা অপাম্বগী খোংমুংদা ঈচেল অমুক হন্না চেল্লকপস্তু ময়াওরকই। অমুকতস্তু থেংনজ্রবা থম্মোয়মুংদা মায়কৈ থংহোদনা ইচেল অসি হৌরকপস্তু ময়াওরকই। শরাংতা থাজরুবা পামেলগী মখোংদা তত্তনা লাইজ চাইবিছুনা নিংথিনা হোৎনবিরবদি পামেল অহু নোংমা নোংমগী মপুং ফারকনি। তত্তনা মহাক্কী নাক্তা উত্তম্ন লাকছুনা মরৌ লৈবা মীৎয়েংনা অপাম লাইজ থিক্করবদা মহাক্কী থম্মোয়দা মুংশি লৈরাং ময়োম-চোংলকই। অশিংবী মুপীলক্তা চনগত্রা, লৌনম্বী মিঙোলশিংগী মরক্তা শিংথাগত্রা? মহাক্কা মুংশিজরিবা পাথংগী মফমদদি

তোয়না নুংশিগী মীৎয়েংনা পাওজেন্নুত্রি, নাথৈবা রাহৈনা নুংশি হায়না কোংদোকত্রি। কোংদোক্কে নিংলুরবস্নু মঙমদে। পাখংনা কৌরক্লবদদি মেংলবা খোজেল্না চন্নবা রাহৈদা পাওথুমলকই।

মতম কয়াদগী ওসি ঋাওবা নুংশি মৈচাক কোংদোক্লদনা লৈরকপনি।

---

মঙাশুবা

## নুংশি কাইহোঁবা

"ফোংলবা থাবলগী অহিংদা চিক্লবা লমহাংদা ইভোমত্তা লেপতুনা থাবলগী যজবা কয়াবু য়েংজরুই। থাজগী ইপোম উরগা মতম কুইনদগী শাগৎচরুবা আশাবু খংহৌদনা নিংশিংলকখি। রাখলগী ভুংইমা নিংবা কাইহবা মী অমগুম্না মরুবা মায়খোংবু পিরাংতনা লৈজেংখি। মীৎকী পিবু উরগা য়েংনিংদবা উৎতুনা থাজগী মায়খোংবু অমুবা লৈচিনলক্তা লোংখি থাজনা লোৎখিবগা লোইনন্না ওকত্রবা নাকোংদা—নিংলিবা আশাবু কুমহুনা পিয়াং-লক্ত ইরোইনবগী মহুৎতা থম্মোয় ভপলবী মহাকী মফমদা আশাগী লংজিন কাংহুনা অরাংবদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনৌ হায়বা শোম্মাং-নবা খোজেল অমা তারকখি। মায়কৈ খুদিং লৈহুনা খোজেলগী হৌরকফম থিরুবদা অতৈদগী ওইরমত্রে রাখলগী খোজেল ওইরম্রে।

আশাগী মথা পোন্দুনা থম্মোয় ভপজবী নিঙোলগী নকমদা ঙসিদি পাওদমজরি—নংবু মুংশি শোনজগে, শোঙবদি নচ্ছদে নিংলুবভনি। অহুবু মুয়া পাইমা য়াখলনি।" নোংমগী মুমিদাংদা লাইখিক ভোকম কাদা মতম কুইনদগী শাগৎলুবা আশাবু কোংদোক্লগে থন্দুনা নিঙোলগী মকমদা হায়রকপা য়াহৈনি। হায়দোকপ্রবা মতুংদা পাখৎচরি।

"পাখংগী য়াহৈ খিবিক তাবদা মুয়াগী আশাগী লৈকোন্দা পোমজরবা মুংশি লৈয়াং পোমশাৎনয়ক্লে। কনা থংহন উহন্দনা শাৎচরিবা মুংশি শক্তুমনি। অহুবু য়ারক্কী লৈবাং তয়ানগুম লৈনম চেনত্রবী পুক্তি ওইখিবনা অথুপ্পা পুক্লিংগী য়াহৈবু করম্মা পাওদমগনি। পাওদমজবা ঙমজয়োই থম্মোইমুংদা নিংজবা মত্তনা।" মেজ মথক্তা লৈরিবা লাইরিক্তা মথুংনা পাইরগা নিংখিবা মিৎনা লাইরিক্তা য়েংলগা তপ্পা থুম্নকপা যমুনাগী পাওথুম্নি, ইকাইবগী কিভমনি।

"লৈনম য়াওত্রবা য়ারক্কী তয়ান কোৰী লৈয়াংদি শীঙেন-লক্তা চন্দুনা লৈকোনগী লৈতেং ওইহৈত্রব্রা? তাইবং জীব খিবিক্লা লৈয়াংলক্তা শিংথাবিত্রবসু নিংথিবী লৈয়াংগী কোলোয়বু শকচহুনা পুক্তি লৈকোন্দা থাজগে।"

"য়ারক্তা শাৎচবী লৈয়াংনা লৈকোনগী লৈতেং ওইবদি লৈনম চেত্রবী লৈয়াংগী মপোকনি, লৈকোনগী ফজবা মাংখিগনি। মীনোক চাঙবা তাইবংগী মীনোক মৈশা লাংলকনি।"

"খংজয়ে! লৌনম চাওবী পুজিনি। নিংথিবী শীতেলগী শাওংনা ভাইবং কয়াবু শুক্কৎতুনা অয়াব। ঈপাক্তা লংথবা লৈয়াং-শিংগী হৌনশানি।"

"অদোমদা পুথোকপিত্থনা পাংজত্রবী মপোকপু কত্তবা লক্তা শিংথাবিবগী মচুক্তা তুংদা করি লাক্কনি থম্বিয়ু, নিংশিংজবনি।।" হায়রম্লগা ইকায় মুংশি তিম্নখিত্থনা য়েংজনিংবা পাথংগী চেংলৌবু য়েংজবা শুমদনা ফক্লাংদা থেংলিবা অচৌবা ঘড়িদা য়েংলকই। মিংতোলগী মীৎয়েংবু উরগা ইকাইরুম্থু মওংগুম গোং, গোং, হায়বা খোজেলনা মাপল্লক খিংলকই। ঘড়িগী খোজেল তাবদা য়েংজবা শুমদবদগী লৈথোকতুনা খাংজল্লিবী যমুনাগী নাকোং ময়াদা কাস্তনা লৈহৌরে। লৌনম্বী, মতম থেংলে চৎলগে হায়রম্লগা মপানলোম্লদা থোকপ্রে। লৌনমজবা নংচদে নচনদি মৌগী শিংদা চম্লুরবিনি হায়-জবত্তনি—যমুনানা হায়রকই।

অত্থবু তাবিগদবা মহাক্তি তাবিখিদ্রে। মনাক্তা লৈরিত্তৈ মতমদা মুম্না য়েংজবা শুমজদবনা খোংনাওবু হাংদোকতুনা লাপথোকপ্রবা মতমদা য়েংজহৌই।

লাইবক চাওবী মুজাদো
মৌগী শীংদা চম্লুবনা
তশেংনা কোংদোকচবা শুমজখিদে
থম্মোয়মুংগী মুংশিববু
পামজবা মহাকী মক্কমদা
লৈহৌইদো চাক্না চাক্না॥

## তরুকশুবা

# লৌনম্বা

অয়ুক্কী মতমনি ! উত্তমনা নাকল অমরোমদা চৌকি অমদা ফম্লি। সুরমালানা মহাক্কা মায়োক্লনা অতোপ্পা চৌকি অমদা ফম্লি। মথোয়গী মরক্তা পিক্তক তৌবা মেজ অমনা থম্লি। মথায় নোংচুপ ওন্দুনা কাস্তনা লাইরিক তাক্লি। মফম্বা কাস্তগী মুমদনি। থরাই য়াওনা ওঝা মহাক্না লাইরিক তাকচৈ হায়বঠ মঙাইরে উত্তমদি সুমিৎ অহু লাইরিক্তা পুক্লিং চংখিরে। মচিন্দাদ কাস্তগী রাহৈগী মতুং ইন্না 'উম' উম' থুম্লি। মমিৎস্সু লাইরিক্তা য়েংলি হায়বা মঙাইরে ময়েক অমতস্সু নিংথি সুংঙাইনা উবা ফংদে মহাক্কী রাথল—মিৎয়েং পুন্নমক মতম কুইনা ফুমহুনা থম্লিবা আশাগী সুংশিবা ওসিদি ফো·দোক্লগে নিংলুবা। সুজাগী নাপদা চংহুনা হাকথেংননা পাওদম্বা ওমলোয় নিংবদগী ইহুনা পুরক্লিবা চিঠি অমদি চিঠিগী মনুংদা য়াওরিবা রাহৈ পুন্নমক অহুগী মফমদা লৈরে। পিক্করগা করিগুম্বা তথি তথি তৌবকত্র। অমুকস্সু থন্নুরগা থম্মোয়দা সুংশাথিবা অমা কাওরক্লি।

থরাই তানা মতম চংনা ইজপ্রবা চিঠি মথুৎমক্তা হাকথেংননা পিবা ওমগনি হায়বা অসি মহাক্কী রাথম্না লাম্বা ফংলকরে। অমুক পির-গুমশিন্না কোংদোকতনা মদোম নিংজহুনা পুজি লেপ্পশিন্না থন্নকই। পাংথোকপা ওমলোইদোবা থবক্তি করিগী তৌগে নিংলুরি।

নিঙলুরবদি পাঙথোক্লবা হোৎনগদবনি। মহাক অদু ত্তমথিবী মুক্তা অমদি ওইরম্লোই। মহাক্না তমথিবী অমা ওইরমলবদি ঐগী মিৎয়েং—কৌরুবা মিকো পুম্নমক্তা ঐগী আশা খরদং ফাওবা খংলমগনি— নহাক্না তথি তথি তৌরক্লগদবনি। ঙসি ফাওবগী মতমদদি মহাক্কী অশাওবা উবা ফংদ্রি। মুক্না খল্লুরবদি থোইদোক্না অকায়বা অমা ওইরোই। মসি মীওইনা ঐখোয়গী পুন্সিদা চৎনদবা নত্তে। চৎনদবা নত্তে হায়রুনা অন্নাকপা ন্নাইহেনা পাওখুম্নকলবদি! মতুংসু মীগী আশা খংদনা চংলুবা ঐগীনি। করে নংনা ইকায়বা খংদবা মী অমা ওইরবদি নিংলিবা অদু পাংথোকলু। ইকায়বা খংদবা মী অমা ওইবা তারবসু কনা মশুংলাংগী নত্তে—ইশানো মাগীদমকনি। করে কোংদোক্লো— করম্না? মহাক্কী লাইরিক মরক্তা তুমিন্না পিগে খল্লিবা পোৎ অদু থনম্মু। অসুম্না মওন মওন খল্লকই।

ছুটি ওইবা মতম য়ৌরকনা উত্তম্না খনজানরিঙৈদা কাস্তনা ছুটি তৌরম্লগা ইমুংদা চংগ্রে।

"উত্তম নং নৈহোৎখিগদ্রা, ঐ চংশমলগে।" সুরমালানা অসুম্না হায়রম্লগা মখুংত লাইরিক খরা পায়রগা চৎপা হৌগ্রে। খবক মপুং ফাহোদবদগী সুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা মেজ মথক্তা তারিবা লাইরিকশিং অদু হাপচিন্নকপদা সুরমালাগী লাইরিক অমা থেংনরে। থুংদোং চাবা ফংলবদা তাইবং শেম্বা মপুবু খম্মোয়রুংদা থাগোনজন্নরুনা লাইরিক অদুদা চিঠি অদু হাপচিনগ্রে।

"সুরমালা! নংগী লাইরিক অমা চিংথহোরে।" উত্তমা সুরমালাবু কৌরকই।

লাইরিক চিংথহোরে তাবদা সুজা মহাক্না চংশকতুনা উত্তমগী মথুংতগী লাইরিক লৌথ্রে। পাথং ওইবা মহাকতো মশাদ হুমাং 'নপপি কাহুনা থম্মোয় নিংদোল চোংনা ময়ুম মায়কৈ পাংখি।

সুংখিলগী মতমান। লাইরিক তম্বা চংলুবশিংনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরকপা মতমান। উত্তমসু লাইরিক তম্বা চংলুবদগী ময়ুমলোমদা হল্লকাল। নিতি সুমিং থুদিংগী মমান্নবা কয়াগা লাওহুনা লাকমিন্নবনি ওসি'দ রাখল অমনা লমজিংহুনা মতোমতা তপনা তপনা লাকলি। মহাক্না অসুম চংনা চংনা করিগুম্বা অমগী রাখন্দা লুপথিবনা মতোমতা ইকায়জরকই। হুমাংনা মশাপুম্বা চোংথ্রে। অমুকসু হোয়দা, হৌগ্রবা থবকপু থল্লুবা হৌনদে নিংলহুনা মশাগী হুমাং অহু তৈথোকচৈ। অমুকসু ইকায়বনা হেনখিহুনা গাড়িগী খোংনেত্তা ওংলম্বা মখোং অহু লেপখি। মহাক্না ইকায়রিবা— থল্লুবা রাখল পুন্নমক অসি সুরমালাগী মফমদা চংলুবা লমচং অহুগীদমকনি। তুমিন্না হাপচিনলুবা চিঠি অহুগী পাওথুন্না করম্না থুন্নকপা--। রাখলনা কণ্ডাওনহুনা চংশিন্নে অসিদা তুংলোমদগী কনাগুম্বা সুপীগী খোঞ্জেল অমনা 'উত্তম' 'উত্তম' হায়না কৌরকই। খোঞ্জেল অসি তাবদা হন্না য়েংথোকখিবদা সুরমালানা মনাক্তা চংলম্বা উরুরে। মহাকপু উবদা উত্তম অহু করম ভৌরমগনি— ইকায়বা নংতনা। হায়কম খণ্ডত্রবা ইকায় লাংলকতগী "সুরমালা নং হল্লকলব্রা" হায়না তপনা হংলকই।

"উম হল্লক্লবনি।" অশাওবা খোনফমদা থুম্লকপা সুরমালাগী রাহৈনি।

খোঙ্জেল অসি তাবদা উত্তমগী মশাদা তপনা শিংলম্বা ইকাইবগী সুংশিং কনথংলকই। মতম চংনা শাগংলুবা আশা পুম্নমক মীৎকুপ থরগী মরু'দা কাইথ্রগনি মীপাগবা হৌরক্লে। করিগীদমক মঙোন্দা স্কোংদোকলু'রিবনো? মহাক্কী মকমদা ফোংদোকপগী মহুৎতা মতোমতা শজ্জত্না পুন্সি লেনগদবনি হায়না সুঙাইতনা থনবা হৌরক্লে। ইকায়বা. নিঙমদবা অনিনা আশাগী লৈকোন্দা নৈহৎলবদা ঙৌরুনথবা মায়থোং ঙাংলপ তৌত্রে থম্মোয়সুংদা কনা খংহন্দনা য়েকশ্রবা নিংথিবী চেংলৌবু খংহৌদনা হৌরকপা তমথিবী রাহৈগী নোংহৌনা চামথ্রনি নিংত্থনা সুংশিবগী অমোইবা মিৎয়েংনা পেন্না য়েংজ্রনিংলবস্ত্র য়েংজবা ঙমখিদ্রে। মনাক্তা চৎলিবী মীৎয়েংগী নাকলদা উ রবী সুজা অত্তনি মহাক্লা য়েংনিংলিবা—মহাক্লা উানিংলিবা অত্তবু ইকাইবনা হেনখিবনা য়েংঙমদনা চৎলি। ইকায়বনা তঙাংশ্রবা মায়থোংদা সুরমালানা য়েংলগা হায়রকই "উত্তম নং অসি অহানবদদি য়াম্না চম্লবা মী অমা ওইরবোই নিংলম্মা! হৌজিক্তি নহাক কনানো ঐ খংলে। ঙসিদি ঙসি ওইরে, মতুংদদি অত্তম্না থক তৌ'বরক্কনু অত্তগনে, ঐদি সুপীনি; সুপী অমগী পুান্সবু নিপা অমনা মাংহনগে হায়রবদি লায়না থোকই। ঐগী রাহৈ থরা অসিনা নহাক্কী থম্মোয়বু অশাওবা ওইহনখিত্তনা ঐ অসিবু অফা অপুনগী লম্বীদা পুশিনলবস্ত্র নংগী মক্লশ্বা নরান অত্তদগী ঐনা ঙাকপিগনি।"

" নত্তে সুরমালা নং' ঐবু শাওগনু ঐনা লানখিবা ঙাক্তনি।

ঐনা থ'নম্বা পোৎ অদো অমুক ঐঙোন্দা শিন্নবিরম্লো "। ইকাইবনা ঙাওখিদুনা উত্তমনা হায়দোকখিবা রাহৈনি।

"নংগী নপোৎ অদুদি নশানা থমলম্বনি য়ুমদা লাকতুনা লৌজরো" সুরমালাগী চাওথোকপা রাহৈনি।

"নত্তে মালা! য়াওরবদি ঐঙোন্দা পীরমলে।—মচেৎ কয়াথোক্লা শেগাইরগা সড়ক য়াংবি থকসিদা হুন্দোকলমলগে। অাইবং কয়াগী খোংনেৎ ওইরসনু—মসিনা আশাগী পম্বৃং ওইজগে।

"হৈমা! মতম চংনা ইপ্রবা পোৎ অদুবু করিগী শেগাই-গদৌরিবনো? মরাল লৈজদ্রবা পোৎশক অদুনা ওন্না খোইনা খাঙবগী অরা মৈচাক কনানা পুগদৌরিবনো ঐ নত্তনা, ঐদি পুবা ঙমজরোই।" কোচি রাহৈনা য়ৈরম্লগা সুরমালা হেনগৎতুনা চৎল্রে।

মতোম্মত্তা রাগী মথা তাবা ঙমদনা ইক-আ ইক-আ তৌদুনা উত্তম লৈচৌরে মহাক্না খল্লকই- নোঙ্গৌবী কৌবী চেক্লাদি লাইজবু ফংগে নিংজবা লাইজ মাবু ফংলগা থম্মোয়গী অপেনবা ওইরি। ঐহাকীদি, আশাগী পল্লেপ খিরুদুনা নিংজবা মপুং ফানবা হোৎ-নরুবদি থম্মোয় কায়নবা ওইহৌরে। ফরে! নুংশিবগী অরা মৈচাক অসি কয়া য়ান্না কন্না তমথীনা থম্মোয়নুংদা চাকপগে য়েংলগে। অসুন্না খন্দুনা ময়ুম মাইকৈ পাংখি।

মিন্নুংশি খঙদ্রবী সুরমালাগী পুন্সি ওইরবসু মমৈদা মহাক্না রাহৈগী কারল থাংলম্বা অসিনদি মিন্নুংশি খঙদবী অমনি হায়না

লৌবা ঙম্লোই। মীওৎপী অমনি হান্নবা লৌরবস্নু মহাক্কী থম্মোয়-ন্নুংদা শাগৎলিবা আশা অদুনা মীওৎপী অমা ওইনা লৌবস্নু হেন-মল্লি মহাক্না নিংশিংলি—নিপা হায়বা জাৎ অসিদি লৌনম চাওবা খোইমুগী মপোক্কা অমত্তুনি। লৌনম চাওবা মখোয়গী মকমদা থরাই হকচাং কখোকলুরবদি ভুংগী পুন্সিদা অমাঙবা অমা ওইরকপা য়াই। থম্মোয় শেংনা পাওদমজ্রিঙৈগী মমাংদা পাখংগী অশেংবা অমা খঙবা পামই। মরুমসিদগী স্বরমাজানা উত্তমগী মকমদা মী-ন্নুংশি খঙদবী অমগী মওং ওইনা উৎলম্লীবনি। মহাক্না উত্তমবু ভশেংনা ন্নুংশিদবা নত্তে— থরাই হকচাং কখোকপ্রবনি। রাহৈগী অরোইবদা মহাক্না হায়রমলিবা থরত্নুনস্নু খঙই। মহাক্কী থম্মোয়দা করিগুম্বা থরা লৈরি। ভাঙলমলিবা রাহৈশিং অদুনা থম্মোয়দা নিংঙমদবা ফাওদবা নত্তে—ফাওরিবনি। মরাল লৈজত্রবা মহাক্কা মকমদা ওইদবা পরেং লেংদুনা রাহৈগী লৈচল ওইরুবনো—মতোম্মতানিন্দা তৌজরি।



তরেৎশুবা

# নুংশি কিশি

অঙ্গাচংবা মতমনি ( সন্ধ্যানি ) । যমুনা লাইশং মনাক্তা লেপ্লদুনা ধুপ ( আর্তি ) কংপগী কাংসি য়ৈরি । লাইশং মতুংদনা নেকতুনা থমলবা বামোন্না লাইগী সেবা চংলি । কাংশিগী মথোন্না মায়কৈ থুদিং শিনবা থুংনা নিনগ্রি । মকম অতুদনা হেন্ন নিল্লি । ওাইহাক লৈরগা কাংশি অতু থম্লগা থুরু থুদক কুল্লগা লাইগী মকমদা নিংঙ্গরিবা আশাবু থুংহনবিয়ু নিজারি । বামোন অতুসু মহাক্কী মথৌ তৌবা লোইরদুনা মযুমদা হনগ্রে । ইমুংলোমদা যমুনানা চংলকপদা সুন্নমালানা ওঝা লাক্লবনি তাকলকই । ওঝা লাক্লে তাবদা থন্নাইনদি নুংঙাইজরি । অতুবু রাখলনদি মনাক্তা চংবা ঙমলোই নিংলি । মরমদি হৌখিবা তুমিদাংগী মতমদা ওঝাগা সেবক ( ছাত্রী ) ওইরিবী মহাক্কা অঙকপা পান্না অমগী ন্নাহং অমসুং পাওথুমদা নৈনখিবা । করন্না ওঝাগী মনাক্তা চংগদৌরিবনো, করম্বা পান্নানা ঙসি তমললগদৌরিবনো ? ঙসিগী ওঝাগী ন্নাহংনা করম্বা, ঐগী পাওথুম্না কান্ননা ?

থোঙ মনাক তান্না চংশিল্লকলে । থোংদা য়াল্লিবা ফিখল ( পর্দাগী ) মচি অমদা পান্নরগা তুমিন্না য়েংলকই । মীৎয়েং অসি হুরান নুংশি মীৎয়েংনি । হুরান মীৎয়েং নত্ত্রবদি য়েংবা য়াত্রবরা ? য়াই— অতুবু নুংশিবা হায়বা অমনা হকচাংগী মকম অমদা লোত্তুনা লৈরগা য়েংলকপা মিৎয়েং ওইখিবনা ঙমত্রিবনী ।

অমরোমদনা মনাক্তা চংত্থনা ফমলগদবা মহাক্কি ! ঙনিংলিবা মহাক্তো মুক্তা ওইবী মাগী মিৎয়েংগী মাংদা লৈরগদবনী, থোংজিন্দা লেপ্তুনা য়েংগদৌবগী শরুকপুদি তুমিন্না পাখং কয়াগী ঙাওনফম ওইরিবা মিৎচিনা য়েংবাদ য়াত্রবরা—য়াই ; অহুবু সুংশিবগা থেংনরুবদা ইকায়বা মহাকস্থ লোইনমকপনা ঙমখিদরে। মহাক্কী হায়ববু নিংজরিবা মহাক্কা লৈরবদা ফোংদোক্লিংবা আশাগী রাহৈবু মরোল থোক্তুবা মিৎচিনা লৈমায়দা য়েংহুনা ফোংদোকচবা। করিগুম্বা ইচম চম্বা রাহং অমা হংনিংলবস্থ লকক লকক তোৎহুনা শোম্বাংনবা থোঞ্জেলদা হংলকপা অসি সুংশিবগা অহানবা থেংনরুবগী হৌনশানি। মরম অসিদগী লাপ্না লৈরিঙৈদা যমুনানা ওঝা ওইবিবা কান্তবু য়েংজরকপনী।

কাস্ত লাইরিক তাক্লবগীদমক্তা চৌকি অমদা ফমলি। মনাক্তা থংদব: পারা হংননবগীদমক যমুনা ফমলি। সুরা পায়খং অনিমক রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংনদে - অঙকপনী। লাইরিক তম্লিবী যমুনাস্থ থংদবা য়াওরবদস্থ হংবা ঙমখিদ্রে; ওঝা ওইবা মহাক্কস্থ রাগং অমা ফাওবা হংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈপিদ্রে। মানা মানা তৌনিংবা অমমম তোৎহুনা লৈনখ্রে। মতম কয়া থেংজিনক্রে, অসি ফাওবা রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংনখিদ্রে। নিপাগী মপোক্তি মীওইবগী মপোক্তা অথোইবনী। সুপীগী মপোক্কা নিপাদগী থোং নৌই হায়রিবনি। মপালগী মিৎয়েংদদি লাইরিক ঔরাইবনি নিংলবস্থ, মসুংদা সুরা পাঁখং অনিগী নিংলিবা আশা খিবীকপু ফোংদোক্লবা ঙমদবদগী অরা 'লক্তা ইরোইনরী:

হৌখিবা মুখিদাং খরদসু ঙমজবা পাঙ্গলন। মুংশিবগা তৎন থানত্রবা ইকাইববু মায়থীবা পিক্লনা রাগী মচেৎ খরদি ফোংদোকপ্রবনি। ঙসি কাওবদা পাখংনা পামলিবা রাহংগী পাওথুমদি তাত্রি। মুজানা খুমনিংলিবা পাওথুমসু খুমখিত্রি। থম্মোয়দদি খুমলগে মনিংই, মপান্থোংদদি কাংথোকপা ঙমত্রি মতাং চাদনা পাঙ্গলগী ময়েং তাবনা মুজাশিংগী হৌনশা ওইহুনা মতোকই।

"মীমুংশি খংদবনা নিংঙোলগী মপোক ওইরবোই। লৌনম নমথাক তৌবনা মুজাগী লমচৎনী, মিংচিগী লাং থাকতুনা পাখং কয়াবু ঙাওহনবনা মুয়াগী মথৌ ওইরবোই। কৎতেদকো নিংঙোলগী রাখলসে''—পাখং ওইবা মহাক্না মনাক্তা ফমলিবা যমুনাবু নিন্দা তৌরি। করিগুম্বা মুজাগী লাংজক্রীবা রাখলশিং অসি খংলমলবদি লৌনস্বীনি হায়রমলোইদবনি। অমগী রাখলবু অমনা খংবা ঙমদব। তাইবংগী মপোক ওইবনা যমুনাগী রাখলশিং অসি কাস্তনা খংদবনি। মুপীগী মপোক ওইরবসু মমাংঙৈগী যমুনা ওইরমলবদি ইকাইববু নমহৎতুনা থম্মোয়মুংদা ওমচাক্লদনবগীদমক্তা পাখংগী মফমদা আশাগী লংজিন কাংলমগদবনি।

ঙসিদি মহৌশাগী যমুনা ওইরমদবনা আশামুংগী পরৈ কিশি থোকপা ঙমখিজে। পোমশাৎনবী লৈরাংনা লৌনম লাংবু থাজক্লবা থোইমুগী কাইদোং পিক্লনা লৈরা'গী লৈ'হিবু চুপহনলুবা। পুকচেল কত্রবা থোইমুনা লৈহি পেয়া চুপতুনা অতোপ্পা কাইদোং খিখিবা। লৈহি চেত্রবা লৈরাং ওইহুনা লৈরাংনা অরাবা শকলোন তমঙম মথোং কারকপগী থোইথুব্রবা পুজিগী তাংথকপু

থাজগনবী নিংঙোন ওইরুদ্রনা ডমথিরবা পাথংগী মফমদা কৎথোক-লুবা। মথোৎ কারকপগী খোইথুমলবা মতমবু মাংহল্লমলগা হুন্দোক পিরক্রবা নুজালক্তা চল্লবা যমুনা ওইরুবনা অপনবা ওইদ্রনা কান্তগী মফমদা নুংশি হায়না শোনজবা ঙমদবনি। করিগুম্বা মহাক্লা নুপাগী মপোক ওইরমলবদি নুংদা রাথল্না ওমচাকনরিবা খিবিকপু কোংদোকলমগদবনি। নুপীগী মপোক ওইরুবনা মৈচাক্কী মৈশা মপানথোক্লা ফাওদ্রনা অতোপ্পদা মৈশা পিবা ঙমখিদ্রে। মতোমতা মৈশাবু কল্লি তেংথাজবা নত্তনা। মো ওইরবী হৌজিক্লা মপামদা হল্লকলবী নুপীলকতা চল্লবী মগাক্লা করিগীদমক্তা কান্তবু থরাই শোক্লা নুংশিক্লরিবনো? কনানা খংগনি নুংশিবা — নুংশিবা হায়বা অসিদি নুংশিবনি।

মমাংদা হংখিবা রাহংগী পাওথুম ফংননবগীদমক পাথং ওইবা মহাক্লা ঙসিগু হংবা যাত্রব্রা। করিগী থম্মোয়দা লংলা লংক্লিন থিদ্রনা লৈরিবনো? মহাক্লা নিংশিংলি থম্মোয়গী চাক্লকম, মীৎয়েংগী পোথাকম ওইরিবী মহাক অসি বামোম্নি— ঐনা মৈতৈনি। রাথল অসিদা লুপলবদি নুংশিববু করিগী কৌশিন্দু না মনাক্তা থমলি। নুংশিবা হায়বা অসিদি অচৌ পিশক থায়দবনি শাগৈ নাতৈ থিদবনি কান্ত দি খংদবরা থংই। অদুবু— নুপানা নুপীদগী হেন্না পাঙ্গন লৈরবস্থ নুংশিবা হায়বা অসিদদি নুপা। নুপী চপ মান্নথিবনা তানিংলিবা পাওথুম ফংনবা হংবা ঙমদব-দগী লমফাংলবা রাথলনা লমজিংলকপনি। লমফাংলবা রাথলদা করিগী তাওরিবা কান্তনা। থম্মোয়রবু অরাবদা লংশিনবদি ইশাবু

ইশানা মাংনবা হোৎনবনি। ওস্রোইদবা থবক্তি কৈদৌমুংদা তৌগে নিংলোইদবনি মী অমনা তৌগে নিংঙ্বা থবক্তি শোইদনা ওমগনি। শাগৎলূরবা আশা অসিগী হংখিবা পাওথুম কাওবদি তাবনা ফগনি। অসুম্না নিংলহুনা কাস্তনা 'যমুনা' 'যমুনা' কৌরকই।

মুক্তা ওইবীহু ওঝাগী খোঞ্জেল তাবদা ইকাইরপ তৌনা করি হায়বগে থুম্নহুনা লুকথরম্নবা মায়খোং তপ্না হাইগৎলকই। মিৎচিনা য়েংওমত্রবা মিৎয়েংদা য়েংলহুনা ওঝাগী রাত্তাং ঙাইজরমই। ইকায়রপ তৌবগী মওং উবদা হায়গে নিংলম্বা পুম্নমক ওমদহুনা কাস্তনা অতোপপা অমদা পুথোক্লগা হায়রকই—'নংনা হোৎলিবা অঙ্ক অহু কদায় ফাওবা হোৎলবগে থংদবা য়াওত্রবরা ? অরোইবা য়াওরবদি য়েংলগে"।

অঙ্ক হোৎনবা মাংদা লৈরিবা চে নে, কলমনে যমুনানা ওঝাদা পিরকই। ওঝানা চে কলম অহু লৌশিল্লগা ইনদবা চেনাদা মুম্না য়েংহুনা লৈরে। মহাক্না য়েংলিবা চেনা অহুগী অঙোবা মচু অহু ফাওবা রাখলনা থুমহৎখিবনা মশেং মরাং ওইনা উথ্রে। মহাক্কী মিৎয়েংদি চেদা থরাইদি রাখলনা লাপ্না পুথোকখিহুনা তাইবং কনা থংদা উত্রবা হৈরাংতনা শেমলবা লৈরাংতনা লৈতে'লবা শাবৌ শানৌ কয়াগী থম্মোয় কাইনকম অপাম মুংশি লৈকোন 'য়াইদা নিংওমদবগী ঈপাক্তা ইৎমোইহুনা শায়রি। লৈকোনগী ফজবা—পাখংগী মীৎয়েংদা, লৈরাংগী মুংশিবা লৈনম্না পাখংগী মকাদা নিঙম-দবগী ঈপাক্তা শায়খিবনা লৈকং

থক্তা কাহুনা মৈরাংগী মৈনমবু পুক্লিং পেন্না ফংহনা, মৈকোনগী কজবা থন্নাই তানা য়েংবা ঙমখিদ্রে। মথুংতা পায়রিবা কলয়া হাংলবা অঙোবা চেনা মথক্তা খোংতুনা শান্নরি। মানা খোংতুনা শান্নবদা ৱাহৈ অহুম্না পুনশল্লবা ৱাহৈ অমা ওইনা থোকত্রে। খোংলুবা থুদিংগী "সুং-শি-বা" হায়বা অসিনা মৈতেংখিবনা অঙ্কবোষ্ট অহু "সুংশিবা" হায়বা মন্নেক অসিনা থনত্রে। পুক্লিংনা নিংলিবা চিম্বান্না হায়দোকপ ঙমদবগী তাইনকম থংদতুনা মন্নাল মৈজন্নবা অঙোবা চেক্লেংতা থুংনা পায়রিবা কলয়া চৈনা পিবনি। অসুম্না মৈরিঙৈদ সুন্নমালানা চা কপ অনিথক থমলগা চা মৈরে তাকলকই। চা থনমলগা থোকত্রে। মীগী মনিল ফংলবা ফাওবদা কান্ত ৱাথলনা নমহৎখিবনা থংখিদ্রে। যমুনানা ফমলমবদগী হৌগৎলগা ইকাইরপ "তামো চা অসি পায়বিয়ু"—হান্নরতুনা চা কপ অমা পিরকই। মহাক্না চা পিরকপদা কান্তনা চেদা খোংলমলিবশিং অহু উরুরে। ইথং থংহৌদনা খোঙেল অমনা থম্মোয়দগী থোকখিতুনা কান্তগী নাপ্পদা য়ৌত্রে। খোঙেল অহুদি—"তামো নচনবু অৱাবা ঈপাক্তা পুথবিগে নিংবিতুনা মন্নাল মৈজন্নবা চেদা তাইনবীরীবা করিগীনো"? ৱাহৈশিং অসি তাবদা শ্বাই লাওবা অমা পোকখিতুনা কান্তনা হায়রকই—"ও! যমুনা ঐদি নংগী 'অঙ্কবোইনি হায়বা কাওরুরে। হয়েং পাবুংনা থেংনদনবগীদমক্তা চেনা অসিমা শেগাইতুনা মাংহনগ্রগে। ৱারক চেৎপা পন্থৌ মৈ কায়বা ঐদি কাওরুরে"।

"পাবুংনা চৈগনি বিজবা মচাদে সুরয়াচাবু বিজবনি। অঙু-গনে মরাল চৈজরবা চে অঙবু লমখাংদা মাংহনবসু নচলগী পুক্লিংনা য়াজনিংদে"।

"ও! পুন্নমক ঐনা লানখিবা ওইরম্বা য়াই। মসি অতৈ কনাগী নত্তে হায়বা অসিমত্তদি নংগী থম্মোয়না নিংশিংগদবনি"।

"নচলদি মীগী রাহৈ মখা থাডুনা লৈরুরবি, মৌগীলক্তা চল্লুরবনি। হয়েং মতম অমদা তামোগী নিংবা থুংলকলোই। আশাগী লৈপাক্লা পেৎলিঙৈ শেমনিংবা মওংদা শেম্বা য়ারিজৈদা থম্মোয়বু অরাবদা লংশিনবদগী কনবিহৌবনা কৈ"।

"অঙবুনে। তশে না অপাম মুংশিবগী ফিজংনা ঐগী থরাই হকচাং থিবিকপু কুপথিবনা অমম্বা পুন্সিগী পোংচৎ ওইগদৌরে। মরম অসিনা তুংগী পুন্সিগী দমক ঐনা থল্লি নং অসে মীগী মীথা থারবসু নংগা লোয়ননা তাইবং লিলা য়াওনিংই। মসিনা ঐগী লেপপ্রবা রাথলনি"।

"থম্মোয়মুংদা মতম কুইনা ওমঙুনা চাকলমলবা নিংঙমদবা মৈচাকপু ঙসিদি তামোনা মুথৎপিরে। অঙবুনে তামো মতম অমদা শমায় লৈগনবা পাথং ওইরমঙুনা নচলবু কাইনা মৈচাক-লক্তা লংশিনবিরমগসু অসিমতদি নিজগে"।

কদায়দা চৎপ্রে ইকায়বা কনাগী মফমদা—

পাঙল লৈরবা নহাক্নী অমুকতগা লাক্‌না মুরা পাথং অনিগী নৌনা শেমজরুবা আশাগী লৈকোনসে লৈহৎলখো। লৈ-কোম্পা নিংথিনা শাৎলক্লিবা রাহৈগী লৈরাংসে লমখাংদা থহৎজুনা

লৈমায়থক্তা চোয়জায়ননা তাইল্লখো। থওলে—লাক্লয়োই মায়-থিবা কংলবদদি। অহুবু মমক ময়ক্তা লাকতুনা শাবী শানৌগী সুংশি লৈকোনগী অশোয়বা য়েংশিনবিরখো। মেজ মথক্তা লাই-রিক পায়তুনা শামজরিবা সুম্বাগী থুং তপনা তপনা কাম্তুনা পায়-শিন্নগা হায়রকই—“ লৌনম্বী নিংঙোলগী মপোক্কা পাখংবু অয়া-বদা লংশিনগে থন্নককেদা মঙাইরে; ঐগীদি অরেপ্পা।”

ইথং থংহৌদনা মথক্তা থাল্লিবা থাওমৈ অঙানবা (ইলেকত্রিক) অহু মুংলকই। মৈনা মমখিবগা লোয়ননা সুরা পাখং অনিনা মথুং কয়া পায়শিন্নতুনা মাইথোং লৈখাদা—অমমববু থাংখি।

———

## নিপালশুবা

# য়ারেপ লৌনবা

অমম্বা অহিংগী মতমদনি। ইম্ফালগী চিদায় ওইরপনা খুঙংমকম্তু নত্তবা মফম অমদনি। খুঙং অমনি হায়রবস্তু থোইনা অকায়বা ওইরোই। ইম্ফালদগী মাইল ৪/৫ রোম চৎলগা লৈবা মফম অমনি। মফম অসিগী খুলগী চিদায় ওইরপনা য়ুমদোমপোক অমা লৈ। য়ুম অসি মতম কুইনগী মমাংদগী লৈরক্লব য়ুম্নি। য়ুম অসিবু কৌইরিবা য়ুম্বু অসি অহল নত্তে পাথংনি। মফম অসিদা মতোমত্তা লৈ। য়ুম অসিগী অরাং থংবা চিদায়দা য়েংথোকপ্রবাদ পাক্লবা লৌবুক উবা ফংই। ওসিদি য়ুম অসিগী মমুংদা লৈজবা চৌকি, ফক্লচিংবা ফীদানা মফম চানা চানা থাহনা লৈ। নিপা অসিস্তু করিগুম্বা থেংদোকখিবা য়াই নিংহনা চাক-ঈশিং থোং থাক্তুনা চাবা লোইপ্রে।

ফনা থেংলে, মী তুম্নবগী মতম য়োৌরক্রে। য়ুম অসি ইনথৎলকপা পাথং ময়াম্না থনপ্রে। য়ামত্রনদা, ইমুং অসিদা তিল্লিবা অসি মী ৩০/৪০ রোম ওইরম্বা য়াই। অহুবু মথোয়না য়া ওাংনদবা মরম্না মী লৈতবগা পাংথক্লি। ময়ামগী মরক্তগী অমথক্লা, থবক অসিগী থো পুবিনবগীদমক্তা হাপলিবা মী অহু লাক্লবা নব্রা—হায়না হওলকই।

“লাক্লে” মশামক্লা খুম্নকই।

"মীদি শুরব্রা ? অতোপ্পা অমনা হংলকই।

অমনা, "শুরে।"

"অহুদি থোঙ লোনশিল্লো।"

হৌজিক্তী থোঙ লোনশিল্লহুনা অচিকপা রা ভান্নবা হৌগ্রে। কাগী মনুংদা থাল্লিবা থাওমৈ অহুসু অঙানবা নত্তে, চুন্নগী চেন্নি থাওমৈনি। ময়াম মরক্তগী অমনা থন্নগদবা রাকম করিনো হংলকই।

"রাকম হান্নববু অতৈ করিসু নত্তে। মমাংতৈদা ঐখোয়না হান্নখিবা রাকম অচনি। ঐখোয় অসি মৈত্তৈ মচানি, মৈত্তৈ লৈমগী মপারিনি। ঐখোয়না ইমা লৈমনা অরাবা লৈরোনজুংদা লৈরিবা অসিদগী কননবা হোৎনবা অসিনা ঐখোয়গী ইথৌনি; মসি পাংথোক্লবা হোৎনসি। মসিগী মরমদনি।"

"রাকম অসিদি মতম অয়াম্বদা থন্নহুনত্তা লৈরিবনি। ঐখোয় মশেল শাংনবা অসিনদি ওইররোই।" ময়ামগী মরক্তগী অমনা থুন্নকই।

"পাঙথোক্লবগী রাকমদা থন্নসি"।

'থন্নবা হান্নববু অহানবদা ময়ামগী অমত্তা ওইবা অপাম্বা রাকম লোনথিবগী মতুংইন্না পাঙথোক্লবা হোৎনসি। মসিদা ঐনা হায়জনিংবা থরদং লৈ। ময়ান্না তাবীরগা কৈ কত্তে তান্নবা পামজৈ।" ময়ামগী মরক্তগী থৌ পুন্নিবা চীঙ লেম্নব। নিপা অহুনা হায়ন্নকপনি।

"করম্বনো" ? ময়ামগী মরক্তগী অমনা হায়রকই — 'মকম অসিদা ঐখোয় অয়াম্বনা সরকারগী থবক অমমম ভৌছুনা থাদা পৈশা থর থর ফংনরবনি। ফংলকপিবা পৈশাদগী ঐখোয়গী থবক অসিগীদমক মতেং পিনবা। পৈশা অসিনা মতিক চারক-লবদা ইমা লৈবাক অসিবু মতম থরগীদমক থাদোক্লম্লগা নোংপোক-লোমগী অকাওবা লমদা চৎতুনা লানগী থুৎভু থুৎলাই ভম্বা। অমনা ঐখোয়না লৈরুগদবা লম অতুগী মতেং লৌছুনা ইমা লৈপাকপু কমবা হোৎনবা মসিনি"।

"য়াম্না কজবা য়াকমনি। অতুমনদি ওইরবদা অরুবা অমনা ঐখোয়না থায়নগদৌরিবা শেলগা ভোগদৌরিবা অসিগা য়াম্না থাপনরে। মসিগু লৈখিসনু—অভোপপা লৈপাকী মতেংনা ঐখোয়না নিংলিবা থবক অসি মপুং ফারবদা মখোয়না লৈপাক অসি পিযু হায়রকলবদি করম ভৌগনি" ? অমনা হংলকপনি।

"অচুম্বনি অতুবু ঐখোয়না অহানবদা য়াকম অসিগীমক্তা তাংনগনি। অখোয়নসু হায়রকলোই নিংজে। মখোয়না পামলিবদি ভারত লৈপাক অসিবু অমুক্তং মায়থিবা পিবা অসিতনি।"

"মসিসু করে; পৈশাগী মতাংদদি থরা য়াৎলগদৌরি। মসিনা করম ভৌবা" ? অমগী য়াহংনি।

"ময়াম্না থায়নগদৌরিবা পৈশা অসিদি মকম অতু য়ৌবা কাওবগীদমক্তনি। মকম অতু য়োঁথ্রবদি য়াররোই"।

"অভোপপা লৈপাক অমগা করম্না মরি লৈনগদৌরিবনো" নিপা অমগী য়াহংনি।

"মহুগীদমক্তদি চিংনবিগনু। ময়াম্না পুকচেল অমতা ওইনা লেপনবদি লাম্না থোকই। ময়ামগী মরকতগী অতোপপা নিপা অমনা থুমলকপনি।

"ময়ামগী মকমদা করিগুম্বা অমতগা— হৌজিক থবক অসি থিম্বা য়াত্রবনি, ঐখোয় ইশানা ইমা লৈবাকপু হুংশিবা মীওই থিশি হায়খিবা অত্তুদি করম তোরে—মীশিং কয়া য়ামলগনি? থবক অসিদা য়াওবিনিংবা মীওইশিংদগী মিংজন শেল ফংবিরক-লবরা"? চৌং লেমলবা লুপা অতুনা হংলকপনি।

মানা মানা হায়জরুবদা য়াবিরকপা মীগী মীংশিং অমসুং পৈশাগা লোয়নননা পুথোরক্লে। চৌং-লেমলবা পাথং অতুনা য়ুসুদা হায়রকই—"নিন্দু বাবু, ওসি লাক্লিবা পৈশা অসি অমুক্তা য়েং-শিনবিয়ু"।

নিন্দুনা পৈশাশিং মশিং থিতুনা য়েংবদা লুপা ৪০০ ওরে। মহাক্না মীশিংগা পৈশাগা য়েংনবদা চপ চান্নরে হায়রকই। রাহৈ অসি তাবদা লুচিংলিবা নিপা অতু মোমোন তৌরকই অমসুং হায়রকই—"মরুপ মপাং পুম্নমক ঐখোয়গী আশা মপুং ফারগনি। ইমা লৈবাকপু হুংশিবিবা মী য়াম্না চোংথোরক্লে। ওসি মমা লৈবাকপু হুংশিবদগী মতেং পিরক্লিবা মরুপ মপাংশিং অসি মথং লাকদৌরিবা নোংমাইজিং অসিদা পুম্না উম্নসি হায়না পাও চেন-বিবা তারে।

ময়াম্না—"অকবা রাকনি"।

'পৈশা খায়বগী রাকম অহ্ন করম ভৌসি হায়বগে" ? নিপা অমখক্লা—"ঐগী ফংলিবা পৈশাদগী তথ্যার অমা ময়ামদা কৎ-থোকচরে"। অমনা অমুক "ঐগীদি বিরেন বাবুগুম্না শেন য়াম্না ফংজদে অহুবু ঐনা ফংলকপা পৈশাদগী তথ্যাই অমা কৎচরে" ময়াম্না অম্নুম্না মাগী ফংলিবা পৈশাদগী তথ্যার অমমম কৎচরে চায়রকই গুসিগী য়ারেপশ্নু য়াম্ববা মণিপুর লৈমাবু কনবা গুম-ক্রগা থরাই খানবা। অকোনবদা চিংলেম্লবা পাথং অহুনা মহাক্লা ফংলিবা পৈশা অহুদগী শরুক অহুমথোকপদগী শরুক অনি অমনা ময়ামদা কৎচরে হায়না লাওথোরকই।

হৌজিক থম্ববা লোইরবনিনা ময়ামগী শেল অসি বিরেন্দা থমসি হায়ববু ময়াম্না করি হায়বগে ?

"মওোন্দা থমদনা কনাদা থমসিগে ?" ময়ামগী খোন্নাওনি। "ফনি গুসিদি মত্তাং অসিরাইদা কাইনরসি"।

ময়াম পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা হল্লক্লে। মতম অসি থরা থেগুলে। অমম্বা মতমগা ওইবনা সড়ক অচৌবা অসি মী অমত্তা চৎখিদ্রে। মসিদা চৎলবা হায়ববু রা-তানক্লবা পাথংশিং অসি মঙাইরে। মথোয়শিং অসিনা চৎপদি য়াম্না চিক্লা রা অমা কাওবা গুাংনদনা চৎলি। করিগুম্বা গুাংননিংবা লৈরবম্নু তুংমাং য়েংলগা গুাংনৈ। মথোয় পুম্নমক মাগী মাগী ময়ুম মাইকৈদা চৎখি। মথোয়না সড়কী নাকন্দা য়েংখিবদা উ-রা, য়ুম-কৈ নত্তনা থরাই পানবা অমত্তা উথিদ্রে।

থরান মিচাকশিংনা অভিয়া মকোয়দা শাম্নবা নত্তনা উচেক ম্নায়া অমতম্ন পাইখিয়ে। চীং লেম্নবা নিপা অছুম্ন বিরেন বাবুগা মথা পাংনা খোংশাম্নকই।

ঙসিগী পুল্লিবা মীয়াম অসি অরেম্বা পাম্বা ম্নারেম ঙাংবা মীওই অমা কাওবা ম্নাওদে। মসিদা ম্নাওম্নিবা মীওইশিং অসি মশা মশাগী ওইজবা থিত্রবনি হায়ন্নবদা খোইনা কাইত্রবা মতিক চাম্নবা মীওই ঙাক্তনি। মখোয়না পামই-মণিপুর লৈমগী মপাম্নি অমা ওইনা মরৈবাকপু ঙুংশিবা মীওই ঙাক্তনি। হৌজিক্কী ম্নায়েল চুপলি পায়ম্নিবা মশা মশাগী থনবা মরবাকচাবু ঙুং-শিদবা মীওইশিং অসি মখোয়না হঙোয়ন থল্ল। মখোয়গী ম্নাথল্দা খোজনবা ছুইদোনা মশাগী কাম্নরমদাইদা লোনম্বা মী-ওই (রাজনিতি দল) শিংনা লৈরক থুম্লক্তা লাও খোংবা অসি পামদে। মখোয়গী ম্নাথল্দা মণিপুর লৈমনা অরাবা অসিদগী কনবা অসিনি। মখোয়দা ভোট (মিথন) চংদে—, মিনম্বা তম্নবগীদমক্তা হাংদোক্ত্না লৈম্নিবা নিংথিম্নবা মথন মথনগী মওংদা শাম্নবা লোনম্বা মীওইগী অপুনবা ম্নায়েল অচুম্বা (রাজনিতি)বু মা হুম্নবগী ম্নমজাওদা চংহুনা ম্নারেম ঙাংবা তমনিংদে। চেৎনা থাগোল্লি। মখোয়গী থম্মোয়দা মণিপুর লৈমবু

— ——

# থম্মোয় শেংবা

## মাপল শুবা

অঙকপনি হুংশিবা! ঙরাংতা অশাও-নিংদোন চোং-হৌবা শাবি শানৌ কয়া থাবল ফয়বা ঙসিগী অহিংদ। হুরাবু পোকচবা পম্হৌগী চায়গোয়হুংদা হুংশি হুংওনগী তম্পাক্তা য়াত্তাহনা শান্নরি। ঙরাংনি-হুরা পাথং অনিনা থম্মোয় থম্মোয় শিন্ননা মিংকা মিংকা চান্না হুংশি পাওখোং চন্নখিবা। ঙসিদি কদায় খোইমু লৈরাং অনিগী পুন্সি ইচেলদা তাওথবকপ হুংশি য়াশক কিশি অরেম্বা কায়জরবা কাওশিং ওইরেদে। মসি ওইয়ে হুংশিবা নংগী থৌইনশিল পিরাংলক্তা ইরোইনত্তনা কাইন ইথিন্না থম্মোয়দা ফাওহনবা। তৌনিংবা মওংদা নংগী— লমচৎ—। থম্মোয়হুংদা য়েকশ্রষা হুংশিবা, ইকায়বন। কুপখিবনা থম্মোয়দা নিংঙমদবগী ইচেল ইহৌরকপা।—হুরা পাপং অনিগী পুন্সি খোংচৎ নংগী কল্লবা তীন্না লকাহুংদা চিকতুনা ফোংদোক্তবা হুংশিবা ওত্তহনা পুন্সি কেমখিবা— পাথং ওইবা কয়ানা হুংশি তীন্না থম্মোয়দা চিক্লবদা হুয়াগী মকমদা হুংশি হায়না শোনজরুবা— অপাম ফিগাও শাজরুবা। হুয়া ওইবি মহাক্তা করেম মিনোক তমহনা অশিবা য়াহৈনা ফিগাও পোৎহাপ ওইখিবা। পাথং ওইবা মতাক্তি মদোম নিংজহনা মদোম হুংশিবা ওইতনা অরাবন পন্থুংখিবা, নিংবা কায়-বনা পালেপখিবা য়াওদবা নত্তে—হুংশিবা নংগী তাইবঙদা। পামেল

উকৈথক্তা চেক্লা অনি মুংশি চিন্নোকনজবা,—মায়কৈ থংদনা হো-রকপা শাফু কল্লবা নোং মুংশিং লাকড়ুনা কায়দোংকম থংদন্তনা কাইন উমংদা লমুক্লড়ুনা পুন্সি মতোন লোমখিবস্ন মুংশিবা নংগী লিলানি। ইন্নাইদা শাংচবী নৈরাং থল্লালবু কল্লক ইপোম ইহৌরকড়ুনা মথুংঙোগী থুরা থল্লাল ফংহল্লী, নিংজবা আশা থুংহল্লী লৌনম লাংবু থাকড়ুনা থঙ্খক্তং মাংহনখিবা নৈরাং থল্লামা লৌনম মুংশ লাংদা থুড়ুনা লৈকংথক্তা লৈনা চোয়জায়নড়ুনা নিংবা কাৰবা নৈরাং ওইড়ুনা মালং খোংগাওনখিব। মুংশিবা নংনা লৌনখ্রনি। শাবী শনৌ কয়ানা মুংশি হিরেন তোংড়ুনা আশাগী নৌরেন পাইড়ুমা পুন্সি ইচেলথক্তা তাওথমিন্নরকপা। অপাম পম্বুং য়োড়ুনা য়াহিপামিন্নখিবা—মুংশিবা নংগী মুংঙাইবা য়াঙাকমনি। অচিকপা মতমগী থেংলবা অহিংনা মুংশিবা নংগী লিলা ফম্পাক্লি। করবা থাবন ...... অমম্বা অহিং ......ফম্পাকী মৈরানি।

ফম্পাক অসিদনি মুরা পাখং অনিথক মুংশি লিলাদা নৌহৌনা চংলকপদা ঙাইরুবনা রাহৈগী নাতৈ কাংনরি। পুক্লিংন নিংলুব চিমবান্দা কোংদোক্লড়ুন মুংশিবগী মথৌ হাপকংলি। অঙকপনি মুংশিবা ...... মুরা পাখ অনিনা ইকায় ক্লিজং হাংড়ুনা করমা থম্মোয়গী অশাবু কোংদোক্লখিবা। অড়ুঙৈ নত্রা পাখংমা অঙাওবঙম নিঙোনগী মকমদা চিনবানথোংনা কোংদোকপা ঙম-দবগী চে, মুক্তাবিগী (কলম) মতেংনা কোংদোকখিবা। শিঙেল-গুজী মহাক্লা ইকাইবা মরুম থুপখিনে, পাখংগী নাপদা কল্লবা রাহৈগী তেলা থাখিবা। তেনগী চৈনা কংবদা পাখং মহাক্লা

অরা মৈশা লাংখি। অহুবু ঙসিদি থম্মোয় থম্মোয় শিন্নহুনা অচিকপা অহিংগী মম্নবা মতমদা পম্মোগী ইখোলমুংদা মুংশি লিলা শান্নরি। মুপি অমা ওইবগী মপুং মরৈ ফান্নকুবী শানোনি। ইনথংলকপা মতম ওইবনা পাখং কয়াগী থম্মোয়দা কল্লক ইহুল অমকম ওইরুবী মুরাগী খুংশাদা নাল্লহনা পাখংহুনা হায়রকই— "নং অসি তমখিবিনি. মীগী থম্মোয়না রারগা মুংঙাইজবনা নংগী হৌনশানি। চাওথোকপনা নথোয়গী হৈনবীনি"।

নিঙোল ওইবিদি পামজবা মহাক্কী রাহৈ ভাবদা ইকায়রপ ভৌহুনা মাইথোংনা নাকন্দা লৈথোক্লগা হায়রকই- "কন্না তমখিবি ওইগদৌরিবনো, চাওথোকপা হায়বনা করিনো?"

"হায়ত্রবসু থংত্রিবরা? নংগা য়েংনরুবা মুংশিঙগী থম্মোয়দা মুংশি মিতমখিবনা নংগী নফমদা থম্মোয় শেংনা মুংশি শোনজগে কোংদোকলুবদা অখিবনা মাংওইনখিবা নত্রা? মসিবু চাওথোক্তে, তমখিদে হায়নিংলিবরা?"

"নোংমদা শাগৎলুবা লৌনম্বা পাখংগী থম্মোয়গী আশাবু থাজদবনা হানখিবনা অশেংবা পাওদম্বা ঙমখিদবনি, হৌজিক কাওবা কিগনবি থম্মোয়না পাখংবু চিংনজরি"। "থম্মোয় শোক্লা নিংজরুবদগী ইকায়বা রাংমা লান্দুনা চংজরক্লবা ঐহাকপু চিংনবিরিবা? চিংনকম থোকই পুকচেল লেপত্রবা নথোয়গী মতোওুম ঐথোয়নু তৌরমগদবোই নিংহুনা- নত্রা?

রাহৈগী কোচি কোৎভুনা মুংশিগী চাং হেনগৎহল্লুবদি থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম রাক্রে. মহাক্না রারিবা অসি নিঙোল ওইবি

মখোয়বু পুকচেল লেপ্তবী চায়রকপদনি। অরাবা মরক্তা খোয়-শাওনবা য়াওখিবনা কল্লপ তোবা রাহৈনা পাওখুম্নকই—"নিপা হায়বা অসিদি মশানা লানজয়বসু পাঙল শোনবীনি নিংছুনা কিগ-নবী ঐখোয়দা তাইনবা হৌনশানি"।

সুংশিগী হৌরককম ওইরিবি মহাক্না অশাওবা উৎলকৃপদা পাথংনা মোমোন তোরকই। সুজাগী খুৎশাদা নোইছুনা শান্নরিবা মখুৎনা মশানৌগী খুদাং পায়রগা থংচিং চিংশিল্লগা মোল্লবা পাথংগী চিনবান্না মহাক্তী থক্তায়দা থম্নগা হায়রকই—রাখন থেনবী ওইবনা কাগিদা অতুক শাওগনবনি; সুংশিবনা সুংশিবগী মফমদা ওইনজবা অসিবু লাল্লবরনে? অশাওবনা মীওইবগী মাংনকমনি কাওবরা?

"রাখন থেনবীগী মপোক্তি থংবিরয়্নবদি কন্নিগী লকনবিরি।" অশুম্না পাওখুমলছুনা শকহৈনবী মায়খোংদো নৈখোকখি। মায়-খোং নৈখোকখিবদা তুংদা তারম্বা শগ্নাংনা নাম্বরক্তুনা চোয়-জাইননা হায়থরক্তুনা মায়খোংবু লোৎখি। ইংলবা খাজগী মায়খোংবু অমুবা নৈচিন্না কুপখিবদা কোকিল কৌবী চেক্লানা লাক্লা লাক্লা খোংবগুম পাথংনা মুনা মুনা য়েংলকই। কোকিলগী অরাবা শুর তাবদা মালাংবনা অমুবা নৈচিনবু হুমদোকখিবগুম পাথংগী মীৎয়েংদা থাংবা ওমদবনর। সুরাগী খুৎনা চোয়জাই-নরবা শগ্নাংবু খোমজিনখি। খোমজিনবদা চিৎথহৌরবা শগ্নাং থরদি খাজগী মায়খোংদা মায়হিংনা নৈত্তেংবগুম নপতুনা নৈহৌ-রি। অমম্বা মতম ওইখিবনা পাথং মহাক্তি শগ্নাং অসিবু উবা ওমখিদে।

"য়েংউ তাম্মো! ঙসিদি ঐখোয় অনি করাদা দুওাইরবা চুংশিগী লৈকোন্দা শাগ্নরিবনো। কঙিগুম্বা ঙসিদা শাৎচবী অথাগী লৈরাংশিং অসে মালংগী শহুম্না লমথাংদা কেনপ্রবদি লৈরাং পামেল ঐহাকতি অন্নাবা থাংবা ঙমজরোই। লোনম্বা খোইমু নহাকনু মাপং শহুম ফংবদা পাইখোকপিগে থনবিগনু।" খম্মোয় শোক্লবা চুরাগী রাহৈনি।

"থাজগন্দবা ভাইবংগী মপোকনি. করি করম পাওদমলপা নহাক্না থাজগনি। ঐনা হান্নরি-পুন্সিগী লোইনবিদি নহাকনি। অকুপনে— ঐনা চিংনবা অমা লৈ। নহাক্না থামোন্নি—ঐহাক্না লৈতেনি। চুংশিরগী মকমদদি জাৎ নাইদে হায়দুনা ঙসিদি ঐখোয় অনি অপাম চুংশিগী লৈকোন্দা হৈরাং লৈরাং খিবিক য়েংজি। চুংদা করি লাকবা।"

"অচুবনি। অইবুনে লমজিংবিগদবা পাখং অহাক্তা লেংলমা অয়েক্পা রাশকা লোয়নবা লমজিংবিয়ু। পাজল শোনবী ঐহাকনু পাখংবী আশা পূংহনবা ঙমজগে।"

"কাওগনথা মীওইবগী পুন্সিনি, অকাও পৈর চনখিদুনা পহৌগী য়ারা চুংইনখিবা খোক্লবদি কল্লবা কাইন ইরেক্তা লৈহৌবা— ।"

"..! থাজরে থাজগন্দবা নিপাগী মপুক্কিং—পাখংবু কয়ুক্সা থাক্লমখিরে। কাওদা থুদম— ।"

'ৱারোৌবিবা য়াদে। ঙুংশি পরৈ চেৎনবা ৱাশক লিশাং থাহুনা ঙুংশি কিশি কিনশি''।

''আশাগী পন্থং ৱোনবা পাখংগী য়াৱা তুং ইনজগে''।

কদোমদগী পাইরকপা খোইমুনে'—অমম্বা অ'হং অসিদা লাইশং মনাক্তা চৌ'ৱিবা বোকুলগী লৈকাদা তোংলৈ বোকুল মখোংদা উত্তম—সুৱমালা অনিনা ঙুংশি কিশি কিনহুনা চেৎনা কোম্বজে। লৈৱাং বোকুলনা শাবী শানৌগী ঙুংশি লীলা উৱগা লৈৱাং কয়া থিকথৱক্লি সুৱা পাখং অ'নিন থাক্ত লাংদা থুহনা মাৱখোং মকা লাম্বা নোকচৱি। মসিসু ঙুংশিবা নংগী থোইন'শিন নত্তা ?

---

## তরাশুবা

## য়া হংবা

খোংমগী অয়ুক্তনি। লৈবাক্কী অচুম অয়ানগীদমক্তা য়ায়েনলীবা শ্যামবাবুনা মী উম্নবগীদমক্তা থম্লিবা কা মচা অমদা কপ্লি মহাক্কী অকোয়বদা মী অমা অনিস্তু ফমহ্নুনা লৈরি। মীশিং অসিনা কন্নিগুম্বা থংনবা অমগী য়ানোমলীবনি। শ্যামবাবুনা মনাক্তা ফমলিবা অহল ওইরপ তৌরবা নিপা অমদা হংলকই—" থুয়া, নহানগী অহূগীয়া "?

"মানি অঙম্বা"। অহনগী পাওখুম্নি।

"ও! য়াফম অহু থয়া লূনা থোক্কদৌরি"।

"করম্না"! থম্লাই য়ানা হংলকপা অহনগী য়াহংনি।

"শোক্লিবা নিপা মচা অহু থয়া থীনা শোক্লে। চৌজিক কাওবা লাইয়েংশংদা লৈরি। ময়ম অসিনা থয়া লূনা থোকই।" "অহূবু অঙম্বনা থয়া ফনবা তৌবিয়ু। ঐগীদি কনাস্তু লৈজক্রে। মহাক মশামক্লা ফুবস্তু নত্তে। শোক্লিবা অঙাং অহূগা লাকমিন্নবা বিজয় হায়রবা অঙাং অহূনা ঐথোয়গী অঙাংদা ফুগে তৌবদা শোকখিবা ওইরমাল্লে। অচুম অয়ান য়েংহ্নুন অঙম্বনা থয়া ফনবা তৌবিয়ু"। অহন অসিনা য়াহৈ অসি হায়রগা পৈশা থয়া পিরকই। "য়ামদি য়ামল্লে. য়ারৌবিবা য়াদে অঙম্ব। লুঃ ৫০ অসিনা ঙা চয়া অমতং হাবিয়ু।

"এ : এ ! খুরা, তৌবিন্নু। শেল অসি পুʼবগো; ঐনা ফনবা তৌজরকে। ঐঙোন্দা পীবগী মহুৎতা শেলতবু কল্লকলবা উকিলদা পীবিয়ু"।

মতম অসিদা কাস্ত-কা অসিদা চংলকলম্মী। মী লৈরম্বা অহুদা অমুক থোকখ্রে।

"ইবুঙো, ঙা চরা অমতং হাবীয়ু হায়হুনা তৌজবনি। ঐখোয় চৎচরে" হায়রম্লগা অহল অহু মহাক্তা লাকমিন্নবা মরুপ অহুগা লোইননা চৎখ্রে। শ্যামবাবু ঙকচাননা য়েংলম্বদগী মী উখিনি নিংলহুনা লোশিনখ্রে।

অহল অনি অহুনা লম্বীদা চৎনা চৎনা রাগী শারকই। "হৌজিক মতমগী অচৌ অশাংশিং অসিদা শেল য়াওত্রবদি রা ঙাংনবা য়াথিত্রে।" শেল পীরম্বা অহলগী রাঙাংনি।

"হোয়নে, শেল য়াওত্রবদি করিগুম্বা থবক অমতা তৌবা য়াথিত্রে। ঐগী ইচানিপা অতোনবহু ওঝা ওইহনগে হোৎনবদা লুঃ ৭০০ পিয়ু হায়রকপদগী তোকহোরে"। অতোপ্পা মুপা অহুগী রাহৈনি।

"অহুনিনে। ওঝা ওইরগনা থাদা কয়া ফংগদৌরিবা" "লুঃ ২২৫ রোম ফংগনি হায়বরা—থংদেদা"।

থা অমদা লুঃ ২০০ পীদমক লুঃ ৭০০ পিজবা ? অঙকপনি হৌজিকী অচৌ অশাংগী লমচৎ"।

"শ্যামবাবু অসিবু য়াম্না কৈ হায়বদাইনে ?"

"হোয়নে। মহাক্না ফরিবসে শেন্দা শেন্দাগী মতুং ইনবনি শেন্না রানোম্বদগী মায় পাকপশিং অহুনা মহাকপু কৈ ওাংনবনি" হৌজিক মৈতৈ লৈবাক অসে মওং অমা ভৌরবনি; মৈতৈ মশেন নমথাক ভৌহুনা চান্নত্রবদি য়াত্রবনি"।

"শেল পিজ পিথক্কী থবক অসি লৈপাক মীয়াম ঐখোয়না ভম্বিবনি"।

"করন্না" ?

"মখোয়না, পৈশা পিত্রবদি থবক ভৌরয়োই হায়রকনবা মতমদা পিবিত্রগ লোইরেদনা। শেনআনা অপংবা মখোয়না থবক অহু তে দবা য়াদবরা য়েংগদবনি।" "অহুদা মতুংদা শিক্লবা অসিনা পৈশা পিজবা ভম্বিম্বিবা শেআও পায়বা হুয়ানবশিং অসিদি করন্না থিংলুগনি ? মসিদা ঐনা শাওনিংলিবদি লৈবাক্কী থৌ পুরিবা অরেম্বা পাম্বশিং অসিনি। মখোয়গী থম্মোয়দা মখোয়শিং অসি লৈবাক্না পৈশা পীহুনা থম্বা মীনাইনি হায়বা নিংশিংবা ওমদবদগী ভৌবনি"।

"হোয়নে, মখোয় অসি য়াম্না নোকনিংই। মখোয়না থক্লি, ঐখোয়দি কম অচৌবনি—অচাওরম কাজরি। মখোয়না নিংশিংবা ওমদে—মখোয় অসি মীনাইদা মথং মনাও নাইবনি হায়বা, থল্লুরবদি নোকনিংই।"

অওক অওকপা য়ারী কয়া শাহুনা অহল অনি অসি মযুম মায়কৈ পাংখি।

শ্যামবাবু মাগী কাদা কম্লহুনা রাখল কয়া খল্লি। কান্তনা চংলকলগা "পাবুং, ঐবু কৌবিববু করি তাকপিগদবা" হায়রকই।

"ও! কান্ত! নং লাক্লবরা? চৌকি অসিদা ফমমু নঙোন্দা করিগুম্বা থম্না হংগে।" কান্তনা চৌকিদা ফমথরগা শ্যামবাবুগী মাহং তাগদবগী ঙাইরি।

"হন্দক মম্লক নংনা থেঙনা থেঙনা হনজিল্লকলিবা অসি করিগীনো" ?

কান্ত কোকচাওবী কাপ্রে। থুমফম থংত্রহুনা—থোইদোকপা অক্লবা লৈতে। তৌফম থংত্রহুনা ইমান্নবগীদা ফমবদগী থেংদোক-খিবনি"। হায়রকই।

"মতুং মনাও তৌগনু। মসিসু মসি ওইরে, মীনা অসুম ঙাংনবদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি মওং অমা তৌরে। মতুংদা তুমিন্না মী খোম্লে হায়বা তায়, নং মসি তাত্রা" ?

"ঐদি থোইদোকপা তাজদে পাবুং। করিগীনি হায়বগে' ?

"মণিপুর লৈপাক্লা রাজীবা অসিদগী কম্লনবনি হায়। করিসু ওইরোইদোবা থবক্লি। অমরোমদনা লুচিংবশিং অতু কাননবা খিরিবনি। য়াওক্ল লাকউনু, চৎলো চৎলো; করিগুম্বা ফত্ত মুংদা থোরক্লত্রা হংগে তৌবনি"।

মীপায় চাওবী মুজাশিংগী হৌনশানি। শ্যামবাবু অমসুং কান্তনা চিক্লা রারী শাবদা যমুনানা লোম্না তারি। মহাক্লা

মিপাইরবদি অতৈগী নত্তে। হন্দক মরক অসি মপাবুং রাখল সুথাইতনা উই। কাস্ত অমসুং মখোয় অনিগী মরক্তা লৈরিবা অসি থগলহনা কাস্তবু থিনা চৈনবা কোম্বিবনি নিংহনা মীপাইক্রবনি। রাকম অসিগী ওইরমদবা অসিদা মোমোন নোক্লহনা মাগী কাদা চংখি।

---

### তরামাথোইশুবা
# লৈকাদা থোইমু

নোংমা হুমিদাংগী মতমনি। থোইনা থেংত্রিবা মতম্নি। কাম্তুনা মহাক্কী কাদা ফম্লহুনা রাখল কয়া নিংশিলি। মহাক্কী থম্মোয়দা করিগুম্বা অম। চেৎনা থাগোনখিবনা লুম্লবা রাখলগী পোৎলুম পুবা হোৎক্লে। নিংথিবা অসি থাদোকতুনা হৈনৌ মঙ্গুংগী তিনগুম শিবা ঙাইবস্নু পামদে। নিংথিবা আশাবু মপুং ফানা হোৎনবনা মহাক্কী চেৎলবা রাশক্লি। রাখল অসি মপুং ফানবা হোৎনবস্নু মহাক্কী তৌদবা য়াদবা মথৌনি। অস্নুম থল্লম্ব-দগী হুংহল্লা অমুক ইমুংগী য়েংলকপদা মহাক্কী রাখলগী মীৎয়েংনা অমত্তা ঙায়জরবী মমা উরুবদা করিগুম্বা পাঙথোক্কে নিংলিবা থবক অসিদা লুপল্লবদি পলেম্নু থাদোক্লম্বা নত্তনা অতৈ লৈতে। পলেম মমা অসিবু থাদোক্লমলে— তাইবং অসিদা নাইতোম তারবি কনা লৈজত্রবী অমা ওইহনা লৈহৌবা তারবনি। হৌজিক পলেম মহাক্না তাইবং লিলা য়াওহনা লৈজখিবা অসিস্নু থম্মোয় অতিয়া মকোয়দা চিঙলেম্না ঙানজরিবা অমত্তা ঙাইজরিবা ঐ লৈবদগীনি—। ঐনা করিগুম্বা পলেম মাবু থাদোকতুনা নিংলিবা পম্বুং য়ৌনবা হোৎনবা তারবদি পলেম মহাক্না করম্না হিংহৌবা অনিংবা অসি থাদোকতুনা পলেমবু চেৎনা থাগোম্নুনা লৈরবদি—করিগী ঐনা কায়হৌরুহনা মীবু মমাং হৌহল্লি। অমরোমদনা

রাশক করিগী লোনরি। মশা পুম্নমক লুম্নবা রাখল অসিগী পোৎলুম্না ননখিবনা ফম্বা ওম্নকত্রে। মশা থক থক নিক্লে, ফম্বা ওম্নকত্রতুনা মপান থোরক্লে। অতিম্না মকোয়দা থাজনা ওাম্মোইরি। ওাইবং কয়াগী থম্মোয়বু নৌথোকহল্লবী লৈরাং বোকুলগী লৈনম্না য়ৈররে। মপানগী অইংবা মুংশিবা ফংলগা রাখল চৈনা থরা ফগদরা নিংলুবা কাম্তুনি। মপান্দা থোকতুনা থায়নগী ফজবা কয়া উরুরগা রাখল চৈনা হেনগৎলকখি।

মপান্দা লেংপতুনা থায়নগী ফজবা কয়ানা কাম্তবু শুমহৎপ্রবদা থোইনা হেন্না অরাবা ওইরক্লে। ইমুংদা অমুক চং, মপান্দা অমুক থোক তৌতুনা লৈরে। হনগৎ-হন্দা চৎলম্বদগী য়ুমগী মখা পাংনা অসুম চৎথরক্লে। য়'ম্না শাংনা চৎপা নত্তে, শুমাং মন্নুংদনি। ইমুং অনিগী শুমাং ওইখিবনা চাওনা উবননি থংনবা ইমুংগী মমাংথংবা কা তম্না চংশিল্লকলম্মী। কা মন্নুং য়োরগা মহাক্না উবা ফংই। যমুনানা মেজ মনাক্তা ফম্লগা করিগুম্বা অমা ইহুনা লৈবা। অহুবু রাখন্না থুমহৎখিবনা যমুনা হায়না ফাওবা ক্যোরমন্দনা নিংখিনা থাহুনা লৈরিবা কমুংদা লোংনা হিপথখরে। অহানবদা যমুনা খংওমদ্রবস্থ নিপা অমনা কমুংদা লোংনা হিপথখিবগী মথোন্দগী কনাগুম্বা অমা লাক্লে হায়রবা খংখি। মহাক্না মমায় লৈখোকতুনা য়েংখিবদা কমুংদা হিপলিবা মুপা অহুগী মথোং উবা ফংই। মমায়দি কাংখন মন্নুংদা লৈখিবনা উবা ফংন্রে। অহুবু মহাক্তী পুক্লিংদা হিপলিবা অসি কাম্ত ওইরমগনি নিংখি, মরমদি হায়রিবা কা অসিদা লৈকাইগী অতোপ্পা মী চংবা ওমদে। যমুনাগী

কানি , কাস্তনা হিপলিবা ফমুং অসিনা মহাক্কী হিপ্পকমনি। কা অসিগী ফক্লাংদা ফজ্র-কজবা চেদা য়েকপা লাই কয়ানা লৈভেং-ছুনা কা অসিগী ফজবা হেনগৎহল্লি। নিংথিবা থিবিকপু উননবগী দমক্তা থাওমৈ অভানবা অমা ভাম্না থাল্লি। পূম্নমক অসিগা মথক্তা নিংথিরবী মুজা ওইবী মহাক্না লৈভেংলিবনি।

কাস্তনা হিপ্লিবা মকম অতু ভাম্না যমুনানা চংশিল্লক্লে। কাস্তগী লাইবকতগী হুমাং উরুবদা মিপাই চাওবী মহাক্না মুংশাস্বর ফুইনা হোল্লহুনা "তামো করি তৌরবগে হকচাং ভমবিত্রবরা" পাওহ জবকই। "করিস্যু থোইদোকপা তৌদে"। স্বর শাংনা হোল্লহুনা থুল্লকপা কাস্তগী পাওথুম্নি।

লাইবক্কী হুমাং কদায়দগী থোকলিবনো পাওহংলহুনা ইল্লিবা নিঙোলগী ফিজিনা হুমাং নপথোকলি। থম্মোয়গী ভাওনকম ওইরিবী মুজা মহাক্না মশাবীগী অরাববু পাওহংজহুনা হকচাংগী হুমাং নপথোল্লকপদা রাথম্না ফুমবংনরম্বা মহাকতো অরাবা পুম্বা কাওথোকথিরম্মী। মুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা পংথরবা হৈরাং পাম্বীনা হৈকোনগী মপুনা লাইজ থিকপদা তেথৎচম্নকই।

পুঙজা থরগী মভুংদনি থম্মোয় ভপলবী মহাক্না ইকায় ফিজং মরুম থুপলহুনা থল্লিবা কাংখনবু ভপনা হাইদোরকই। লোংনা হিপলম্বদগী চেপলকতুনা ফকলাংদা থেৎলিবা লাইশিংদা ইকায়বা নমহৎনবা য়েংজরকই। উকৈ অমভদা চেক্লা অনি চিল্লোকনবা—। উরুবদা ইকায় মীনোক ভাতনা মনাক্ল,

হিপলিবা পাথংলোমদা ওনশিল্লকতুনা পাওদমজররকই—"পাংত্রবীগী মপোক্লী নিংছনা কায়না ইরৈলক্কো থাদোকপিগন্নু"।

"লৌনম লাং থাকতুনা নিঙোল ওইবী নহাকপু শারবা কায়না মৈশা লাংহনগে হোৎনবা নত্তে। অছুবু থংঙমদবা তাইবং ঐখোয়গী মপোক্লী ঈশ্বর মাগী থৌজান্নি"। চোকথরবা কাস্তনা স্বর ফুইনা হোল্লছনা হায়ররকই।

মর্রো লৈবা কাস্তগী পাওথুম ফংবদা যমুনা থম্মোয় নিংদোন চোংলহনা তরং লাইজ্জ ইহৌরকই। শোক্লবা খোনকমদা 'অসি ওইরে নখোয়গী পুকচেল' হায়ছনা তপনা তপনা হোগৎলকই। পাথং ওইবা মহাক্লা গুরুগী থুৎপু পায়ছনা থংচিং চিংশিল্লগা—"করিগী চিংনরিবনো অঙাওবিসিদি" থুমলকই।

"মীবু রাহনবা যত্তে"। গুজাগী রাহৈনী। গুপলিবা ফি মহুংদা মশাদগী ঙাইহাক্কীদমক হিকতোকলুমবা। ফিরোলশিং যমুনানা অমুক লোইশিনজররকই।



## তরানিথোইশুবা

# "মতম লেপ্পা"

নোংমাইজিং হুমিংকী থেংলবা অমমবা অহিংগী মতমদনি। হায়নখিবা রাগী মতুংইন্না ময়াম উন্নখিবা ইমুংদা অমুক তিন্নরে। হৌখিবা অহিংদা তিনখিবা মীশিংগা ঙসি তিল্লক্লিবশিং অসিগা য়েংনরুরবদি ঙসিগী অসিনা শরুক য়ান্না হেন্না উরে। ইমুংদা চন্দবদগী মপান্দা থোরকতুনা লৈরবনি। শন্না হায়রবদা লিলা-পালাদা তিনবা মীশিংগা য়েংনবদা ঙসিগী অসিনা রাংত্রবনি। মখোয়শিং অসিনি অত্থৈগী অহিংদা মমা লৈবাক্কীদমক্তা থন্নায় কংকে চোংথোকলকই হায়খিবা।

ময়াম তিন্নবদি মনিল থরা থোকপা হৌনশানি। অত্থবু অঙকপদি ঙসি তিল্লিবা মীয়াম অসিদি মনিল মনা নাইখিদে। মসিদগী মখোয়শিং অসি নিংখিবা থবক্তা হন্দবা মীওই ঙাকতনি হায়না লৌবা য়াই। ময়াম পুন্নমক পুল্লবা মতম অসিদনি চিংলেমলবা নিপা অমথক্না মীয়াম ময়াইদা লেপলত্নুা হায়রকই—

"মীয়ামগী মক্তমদা কন্নিগুম্বা থন্না নিংশিংজগে। হৌজিক ঐখোয় অসি ইমা লৈবাক্কীদমক লেপলবনি।"

"মানি"। ময়ামগী খোল্লাওনি।

"মসিদা ঐনা ময়ামদা হায়জনিংবদি ঐখোয় হৌজিক মণিপুর লৈমবু মতম থরা থাদোকলমত্নুা অতোপ্পা লৈবাক্তা চৎপা তারে। মসিদা য়াম্না লুবা অমনা ঐখোয়গী থবক অসিদি

হৌজিক্কী রায়েল চুপলি পায়রিবা অঙম্বশিং অসিগা য়েক্লবনি। করিগুম্বা খুদোংথিবদগী ঐখোয়গী মরকতগী কনাগুম্বা অমা ক:থিবা য়াওরবস্তু থরাইগা হকচাংগা কায়নরফাওবদা অরোনবা অসি হায়দোক্লদবা।"

"অচুম্বা ৱাকমনি" ময়ামগী পাওথুম্নি।

"খন্দুনা য়েংবীয়ু হৌজিক রায়েল চুপলি পায়রিবশিং অসিগী থম্মোয়দা মশাগীতা ওইজবা থিরি হায়বসি অচুম্বরা অরানবরা" ?

"মসিগী ৱাকম অসি খন্নরুরগা কায়দে। ঐখোয়না উরবনি, তাক্লবনি। মসিগী মহুৎতা মণিপুর লৈমবু থাদোক্লবা ছুমিৎ লেপনবনা কৈ।" মখোয়গী মরক্তগী অমনা থুমলকপা পাওথুম্নি।

অসুম্না খন্নহুনা ময়াম পুন্নমক চৎপগী মতম লেপনখরে। মতম লেপ্পা লোইরবদা মখোয় পুন্নমক মাগী মাগী ময়ুম মাইকৈ পাংনখ্রে। মখোয়শিং অসিগী থম্মোয়দা খল্লিবা আশাশিং অমিনা মৈতৈ লৈমগী অমাংবা অমা ওইনি নিংলবস্তু য়াই। লৈবাক অমা চাওখৎকে হায়রবদি লৈবাক অদুদা লৈ'রিবা মীশিংদা লৈরে। চাওখৎপা পামদবা কনাস্তু য়াওদে অদুবু চাওখৎনবগীদমকনি খন্দুনা মীয়াম্না অঙাওবা, অপংবা কাংবু থরদা শিন্নরে। অপংবা কাংবুশিং অসিনদি লৈবাক্কী থন্নবা ৱাখল পাক্কন্না য়াওদবগী অপংবগী হৌনবা ঙাইহাক্কী মশাগী ফুংঙাইনবা খনবদগী মীয়াম পুন্নমক অরাবা তারি। অসিদস্তু নত্তনা পংলবা কাংবুশিং অসিদগীস্তু হেন্না পংলবা কাংবু কাংবু

কয়া খোয়কতুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা খৎনজুন অপংবনি কোংদোকলি। অস্নুয়া খৎনরিঙৈ মতমদদি নৈবাক অসি কাং-খোং চাইরে মরম অসিনা মখোয়না নিংলিবা থবক অসি অকবা অমা ওইনা লৌবা য়াই। মখোয়না অপংবশিং অসিবু শিংননবা পায়া থয়া তম্বিগদৌরিবনি।

## তরাহুমদোইশুবা

## "অরোয়বা মিৎয়েং"

অমমবা অহিংগী থোইনা থেংগ্রিবা মতমদনি। বোকুল পাম্বীগী মখোংদনি। অঙাওবগী মতৌশুম শমলাং ইকা কাহুনা মিৎলুদা তরং লাইজ ইহৌহুনা পাখং মহাক্লা ফমলি। মনাক্তা নিংঙোল ওইবা মহাক্লা ফমলহুনা পাম্মু মহাক্কী অরাবগী মরি মখোং হংজরি। হংজে হায়বহু মঙাইরে, তাকপিগদবা মহাক্লদি তাকপিখিদরে। অহুবু পাখৎচাওবী মুজানা স্বর ফুইনা হোন্দুনা হংজবদি লেপ্পুরি। তৎতনা ঙংলি--তৎতনা হংলি মুজানা পাখংগী নাপ্পদা। পাওথুমগদবা মহাকতি মুজাগী য়ারা নাপ্পদা হাপথিদরে। মহাক্কী হায়ববু তরংদা য়েংহুনা থম্মোয়মুংদা ফুমলিবা অরাবগু খাংজরি। থম্মোয়মুংদা চেল্লিবা থিংঙমদ্রবা ইচেলনা লকামুংদগী পাখোকলক্কুনা মিৎলুদগী থজাই তম্না চেম্বরকলি। পাখোকপ্রবা লাইজবু গুগ্রা মহাক্লা তৈথোকলহুনা। পাওহংজথি। পাখং মহাক্লা চিয়াল থক-খা চিকহুনা খাংলি। খাংজে হায়বহু মঙায়রে হংগদবা অমনা তহুনা হংলবদা তাকতবা ঙমদবা হৌনদে। কান্তমু থুমদবা ঙমলকত্রহুনা শোম্ব্হাংনবা খোনজেলদা হায়রকই— "শৈহেক নিংথিবী কনাগী স্বরদা ভাইবং কনা শুমহৎলোইদবনো নংগী য়ারা তাবদা ঐগী থম্মোয় ঙাওজরি"।

"মুংশিবগী মকমদা লৌনম তৌবসি ঐগী থম্মোয়না য়াজনিংদে। অশেংবা তম্বীয়ু" "লৈমন চল্লবী নিংঙোলগী মপোকনি খনবীহুনা মুংশিববু মীনমহুনা হুনদোকপিরমলগে, লৌনম্বা মিৎলুগী লাইজনা ইহৌরকপরা" মুজাগী হায়হৈনি।

মথুংনা নিংথিবী সুন্নাগী চিন্নালবু মেল্লহনা থম্মোয়গী অরাবা থাংবদা চোকথরবা ঙকনা তপনা তপনা হাইরম্বা হায়রকই—“নত্তে নংগী রাখলগা ঐগী রাখলগা ওন্নরে। লৌনম চিরোল তৌহনা রাখল লম্মুকননবা, থম্মোয় চৈনা কংনবা সুরা নংগী নকমদা সুংশি কায়হৌবা নত্তে”।

“চিংনগনবী নচলগী মপোক ওইখিবনা তামোগী মিৎলুগী লাইজ, অরাবা মাইথোংবু অশেংবা তাকপিদবা অসিদা চিংনজবনি”।

“চিংন থুবাম চাওবদি কায়না মৈশা লাংনবা অপাম থৌরি থুহনা লৌনম সুংশি বন্দি তৌবরা”? কাস্তনা ওনখত্তুনা হংলকপা রাহংনি।

হন্দক্কী রাহৈ অসিদা সুজা ওইবীদো হংলুবা মহাক্কা লান্ন-বোই নিংহনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই—“চাংজৌ নাইত্রবা তুরেলগী ঈচেলদি ইথৈ কয়া থোক্তুনা ঈচেল কয়া কাংবনি। নচলগী সুংশি ঈচেলদি ঈথৈ অনি গুজদে, ঈচেল কয়া চেনজদে। নচলনা হংজবদি মিৎলুগী তরং লাইজবুনি”।

লৌনমলুরবা পাথংগী চিন্নানবু মথস্তা চিক্কহনা মিনম্বগী মরাল কংহল্লি। লৌনম্বদি পাথং মহাক্কী, সুজা মহাক নত্তে। মশানা মশাবু অরানবগী কোমদা পুংথরে থংলহনা শিংঙেলগুম্নবী নিং-থিবী মহাকপু চেংনা কোল্লগা হায়রকই—“ঐগী থম্মোয়দগী হৌরকপা সুংশিগী ঈচেল অসি ঈচেল কাংত্রবা যমুনাগী ঈচেলদা তিলহল্লুকো”।

কাস্ত যমুনা অনিগী মুংশি ঈচেল লেম্না লৈতনা চেহ্নরি পুজিগী পাং তম্না। মংলম্বা নোংনা থংহোৌদনা অতিন্না মকোয়দা ওংলকপদা তলা-পামেল যোকুলগী উকৈদা চেন্না অনি অহিং ম্নাইরেকচরম্বা অথং পরৈ চন্দুলা চেন্না অনিহু মাইকৈ তিন্নদনা পাইখিদো। চেন্না অমোমদি লমদম থম্বা পাইরুরগা হল্লক্লুনা তোংলরি যোকুলগী উকৈন্দা ; লাবা চেন্না অহুদি মাইকৈ থংদনা পাইথরে। নোংথাংগী মঙালদা মুন্না পাথং অনিনা লম্পুক্লয়রবা চেন্না অসিবু উরুরে। যমুনানা হায়রকই· "য়েংবিয়ু তামো! ওসি চেন্না অনিগী মতোওম হয়েং মতম অমদা—"। কাস্ত মহাক্তি তৌরুবা থবকী লাংদা থূরুবনা অরাবগী মথক্তা অরাবা হেনগংলক্লি। যমুনাগী মচিনবু মেন্নহুনা রাহৈগী মথা তারকতনবা থামলি।

অমম্বা অহিং অহুদা নাইতোম তায়রবী চেন্না অমোম্না লান্না লান্না খোংহুনা মপিজা থিরকপগী খোঙেন তারগা কাতনা থাংতমলক্লহুনা মনাক্তা লৈরিবী যমুনাবু থাদোক্লম্নগা থুনা চংখি। যমুনাদি চিংনা পরৈ চন্দুলা ওকচাবনা পাথনা চংখিবা মাই-কৈদা য়েংহৌখি। করম্বা রাথলগী লাংদা থূরুহুনা পাথং মানা যমুনাবু অমম্বা মতমগী অহিংদা হন্দোকপিররিবনো। মহাক অসিবু ওাওরবনা? অহিং অসিগী খোদোক অসিবু উহৌবা মীদা হংদুরবমু কাস্তগী রাথল অদিগী পাওজুম পিবা ওমংলাই।

# তরামরিশুবা

## রাখলগী পম্হ.২

অয়ুক্কী মতমদনি। রায়েল মপু শ্যামবাবু রাখল্লা ময়মচুনা মারোলদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। অমুকসু চৌকিদা কমথৈ। মায়খোংদি পাইমন্নুংদা ওমচারুত্থুনা চাকলকপা মুংঙাইত্তবগী মৈশানা ঙাংশিল্লি। মশম মনাসু ঠক্বা ক্বারে মমিৎ অনিসু অহিং তুমদবগী ঙাংশিল্লে। মহাক্কী মওং অসিনদি করিগুম্বা অরুব্বা রাকম্ অমা থোকলম্বা তাই। ইমুংলোমদা যেংলুবদসু শ্যামবাবুগী চুপ্পী ওইরিবা বালা ওনথোইনা কপতুনা লৈবা উগনি। থম্মোয় শোক্লা কপলিবা মহাক্কী নাক য়েংত্তনা য়ুমলোম্বা লৈকাইগী মুমারক্কী হস্তবা মৌনচিংবনা কোয়না কমত্তুনা কপতনবা থেম্নলি। মীয়াম্ তিল্লবদি অমনা অমা ঙাংনবা শোয়দবনি। মৈচাক নেমথরকলবা মৈগী কোমদা মৈচাক হেনগৎনবগীদমক শীং হাপ্পুচিনবগুম থম্মোয় শোক্লা কপলিবা মহাক্কী কপ্প। হেনগৎনবগীদমক অত্তোপ্পা চুপ্পী থরনা ঙাংবা হৌরকই। অমনা হায়রকই — ওম্মোক্লা রাখল লৈতেদ। অতোপপা অমনা অমুক রাপাংলক্কই অঙাং হায়বা অসিদি পংইদুকে। লাইরিক লাইশু নিংখিবা তমত্তুনা লৈগদবা মতম অসিদা করিবু ত্তোংজত্তুনা ত্তোম্রিবনো? মমা মপানা কেথোক মোথোকহনবদগী থোকুইবনি। ইরাংদা লুপ্পুখিবদগী অক কত্ত থনবা ঙমদবদগী থোকখিবনি। অত্তোপপা অনুগী রাঙাংনি।

অস্রুম্না অমনা অমা হায়, অমনা অমা ওাং তৌছনা ইমুং অসি পুমনিল নিঙ্গি। ময়াম্গী ... তাগা কপ্পদনা মথৌ ওইরবী মমিৎ মমাই পোমলবী বালা অছু কপপা হেনগৎলক্লি। অপংবা ময়ামগী মচুংদা অশিংবা খরসু ময়াওই চায়রসি অচুম্বনি। ময়ামগী মরকতা রাখল নৈবা খরসু য়াওরকই। য়াওরক-লিবশিং অসিগী মচুংদা ইবেমচলস্নু অমনি। মনাও শক্ল মতম কুইনা লৈমিন্নরকলবী ওইথিবনা বালানা কপ্পা উবদা খম্মোয় শোক্লিবনি। মহাক্না হায়রকই-তোকলো করিগী কপলিবনো, শিখিবসু মত্তে মহাক্না নিংলিবা থুংনবা পাংথোকচখিবনি। করিগী অছুক য়ানা খমুরিবনো। য়েংউ ঐগীদি অমত্তা ওায়জরব। খরাইমকমি খঙরিবা মহাক অছু মকম অসিদা লৈ হায়বা থংদনা মাংপ্রবনি। মহাক্না ঐখোয় খল্লাইবু খাদোকলম্বা ভুমিৎতগী থুদাং পিকম ভৈছনা লৈরকলিবনি অছুবু য়াকছনা কায়দে; মহাকী অনিংবা থুংনবা চৎপ্রবনি খনছনা ওসিফাওবা লৈয়িবনি, কপলগসু তোকলো।

খংনবা কাদনি। মশম মনা ইকা কায়বী মুক্তা অমনা খম্মোয় শোকলবী ইবেমহলগী য়া তায়গা অতং অথম লৈত্রবা পিরাংনা মিংলুদগী শিন্নরকলি ময়ক মমকতসু মচিন্দা —"তাথো নিপা হায়বা অসি, অসি ওইরে। মীবু অয়াবদা লংশিনবীর-রগা মকম মরাং থংদনা চৎপ্রবা" অস্রুমা শোন্নকই। অওকপনি মহাকী রাখল-ইমুং অসিদা থোকলিবা থোদোক অসিগা কয়া থিনা মায়ত্রিবনো। মহাকী রাখরা ইমুংগী থোদোকপু

নিংশিংবা ওমদে ! নিংশিংলকপা মতমদনা মোমোন নোকপি। মহাক্কী মতৌ অসি উবা মীনা চাওরে হায়রিবনি। অদুবু মহাকপি অঙাওবাদি মত্তে।

মরাং মরাংলাংলিতে অসিদা মপালনৌমদগী "মী লাকই ফিদা থরা পুথোকলকউ" হায়রকই। মরাম পুরমক তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। চুপী থরনা ফিদা পুথোকতুনা লাকইবা মীশিং অদু কমহল্লী। লাকইবা কাংবুলক্তগী অহল ওইরবা অমনা হায়রকই— "ইবুংঙো শ্যামবাবু ! ঐখোয়গী অঙাংনা পূয়ক্লিবসি ইবুংঙোগী অঙাং ওইরমাগে। হৌজিক করম তৌসি হায়রবগে। ঐখোয়গী অপাম্বা পিক্লো হায়রবদি অঙাং অনি অসি থায়দোক্লদনবা হোৎনবা অসিনি"।

" মসিদা অকায়বা অমতং লৈ। চুপা মচা অসিদি বামোন নত্তে মৈতৈনি। ঐখোয়না ঙাংনরিবা রাতৈশিং অসি ঙাকপিগনি" হায়তোগ্গা অমনা রাপাংলকই।

শ্যামবাবু রাতৈ অসি তাবদা কোকচাওবা কাপ্রে নিংথায়রবা চেকী মুয়' মহাক্কী মথক্তা ননবগুম থোকপ্রে। কম্বা ওমশিন্নক্তে—মকোক চাওর'ক্লে, মমিং তশন পাইরক্লে। অচুম অরান খারেলদা মমিং চৎলবা শ্যামবাবু ওসিদি অচুম অরান মহাক্কী থিনবা পাজিল লৈথিত্রে। মসি ওইরে মীওইবগী মপোক—মাগী কাদা থোকলরবদদি থম্নবা পাঙল লৈতবোইরে।

ইমুংদা কপ্পতনা মশিল ওইরবা বালানা পাও অসি ত.বদা চপ থুংত্রে। মচিন্দা 'ইমাগী চৈথেঙা ওরমালা' হায়রম্লগা লৈমাইদা

য়াইথক্রে। অয়ারগী ময়ুপ্তি খুদোংথিবতনা ওইরম্লে। মনাক্তা লৈরম্লিবা মীশিংনা লাইকয়রকই। যমুনাদি কয়ম ভোরম্মগনি? মমানা য়ারিবু অস্নুম্না মহাকস্নু য়ারমগত্রা? মহাক্কী থম্মোয়দি পুলেম ওইবী মহাক্কী মভো উবগা নিংঙমদবা ফাওয়কই। মহাক্কী য়াথলদি য়াবগী মহুত্তা হুংঙাইরমগনি। মহাক্না থল্লি-মনাও ওই-রিবী শুরমালানা মমা মপাবু থাদোক্রম্লিবা অসি আশাবু মপুং ফান-বগীদমক্তনি। মহাক্কী য়াথলদা মমা মপানা থল অমা ওইরগা নিংজবা মহাক্না থল অমা ওইরগা অয়াম্বা চাং য়েংবদা পামজবা মহাক্না লুম্মী থম্দুনা চৎথ্রিবনি। মীওইনা পোক্লবদি আশাগী মথা পোনবনি। আশাবু মনিং তমহনগদবনি। অতুম্নদি ওইরবদা কা হেম্না মনিংতম্না শায়হনবস্নু অমাংবা ওইরকই। অস্নুম্না থনবমথৈ থল্লুরগা মহাক্কী পেজদবা অমভং লৈ — মনাও হুপী শুরমালা হুংশি পম্মুং য়োনবা ভুংইনথ্রিবা পাথং অসি মৈত্তৈনি— অসি-মতনি। পেন্দ্রবা য়াথল লাকপদা মহাক্কী থম্মোয়দা মনাও আসবু থাইদোক্লহনা পলেম পস্থো চাইগোম্বা থম্নসিয়া থল্লকই। অমুকস্নু হয়েং হল্লকতুনা য়ুমদা লৈরয়বা মতমদা কনা অমত্তনা মহাক আসিবু পোমশাৎনবী লৈরাংগুম্বনি চায়বিয়োই। মহাক্কী অনিংবা থুংহনবনা মচে ওইবী ঐহাক্কী ইথোনি। অস্নুম্না থম্মোয়দা য়াথল থজাম্নবা হৌরকই।

য়াথলগী ইপোমলক্তগী শ্যামবাবুনা নাফোকয়াহুনা তপ-লপা য়াহৈমা ময়াদা লৈংভংলকই। "ঐপোদি লাইবক কর্বাম।

অছুম্বদি ওইরবদা চৎনবী লোনচৎনা লূমখীবনা অকাম্বাখরা নৈ। অঙাং অনি অসি খায়দোক্লবনা ফগজ্রা ”?

“মশা মশানা য়াম্নজব্রবস্মু চৎনবী লমচৎকী ব্রাংমদা লৈহনখদি কস্তে”। নৈকাইগী অতোপ্পা অমনা হায়রকই।

মতম খরা খম্নবা মতুংদা খাইদোক্লবদা লেপনরে।

ঋংখিলগী মতম্মী। মচাতুপী শুরমালাবু লৌরুনবা চৎলুবদগী হম্নকপদা মঙাইরি। মখি মরোল হোংদোক্লছনা মচিন্দা অশাওবা রাহৈনা মুক্রম মুক্রম শোল্লি। মনাক্তা যমুনানা কম্লহনা বা হংলি। শ্যামবাবুনা অশাওবা ব্রাহৈনা হায়রকই— ওক্তবী অছু নৈরমজ্রে. লোৎখ্রে। কাননবা থিহল্লুবদস্নু খংজ্রে।

“পাবুং, খাইদোক্লবগী মহুত্তা মখোয়নিনা খোকপা তৌজ্রসহু”।

‘মখোয়না খোকপা তৌবা য়াদে-ঐগী মায় খুবনি। বামোম্না মৈতৈদা ওংঙউ হায়বা নৈতে”।

“করম্না মায় খুগদোর্মিবনে। শাওছনা মখোয়বু তানখোক প্রবনি হায়দোকলগা লোইরে”।

শ্যামবাবু শাওবনা মশা থক থক নিকখ্রে। মচান্নপী যমুনাবু য়েন্নবা ওইনা উরক্লে। মচানি হায়বা কাওখোকতুনা হায়রকই— নং কাওবা ঐগী মী নৎত্রবা? মকম অসিদগী লাপ্না চৎখ্রো। “নং অসি ঐগী য়েব্রবা ওইগদৌরি”।

মপানা শাওনা চৈরকলবদা মহাক্না তপ্পা হায়রকই—পাবুংগী থম্মোয়দা শুরমালাবু হুংশিবা মখিক অমকাওবা কাওত্রবরা?

"মহাকপু তুংশিন্বদগী ঙসি ঐহাক্না খাইদোক্লগদৌরিবনি"।

"পাবুংনা তুংশিন্বীরবদি মহাক্কী লম্বীদা অপনবা পিবীরগনু। মচাগী মনিং থুংহনবদি মমা মপাগীদমকনি। অমরোমদনা বামোন্না মৈতৈ নিংঙোলগা লৈশিন্নবদি য়াই, মৈতৈনা বামোন্না ওংবদি কন্নিগী য়ারোইদৌরিবনো? মীওইবা ঐখোয় অসি চপ মান্নৈ অমত্তনি হায়বদাই। হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতম অসিদা অতোন অতাং খায়বসি চুমদবরা নিংঙৈ"।

শ্যামবাবু কমলম্বদগী চৌগৎতুনা মপান লোকয়ে। যমুনাগী য়াহৈ পুন্নমক নিংশিংবা হৌরকলে।

যমুনা মমাগী মনাক্তা চংহুনা মপাগী মকমদা হায়রুবা য়াগা চপ মান্ননা হায়রুহুনা গুরমালাবু অপাম নাক্তা লৈহন্নবা হোৎনরি।

তুমিং কনা হৌরে। উত্তম অমসুং গুরমালা থিবা কংথিরে। রাধেল মপু শ্যামবাবুগী অশাওবা থম থেংথিহনা মচানুপী গুরমালাবু ইমুং অসিদা খোংদাহন্নরোই নিংলকলে। মাইকৈ অমরোমদা যমুনানা মনাও নুপীবু পামজবা মহাক্কী মনাক্তা লৈথিনবা ঙাংলম্মি। নোংমতং ঙাংলগা তোক ত্র তুমিং থুদিংগী ঙাংলিবানি। মপাদসু মদুগুম মমাদসু ঙাংলিবনি। মচাগী য়া অসিনা চুমলবরা থন্নকলে মমা অহসু। শ্যামবাবুসু মওং মওং থন্নকলে। অশাওবা হেনগৎতনা মচাবু যুম অসিদা চংহন্নরোই নিংলমবগী যমুনাগী য়াহৈগা অনি তিন্নথিহনা থম্মোয়দা তুংহন্না লৈরে। থন্নু থন্নু খুদিংমকতা শ্যামবাবু কোক্চাওবী কায়রকলে। অসিগীসু মথক্তা মমাওইবী বালাসু য়া পাংশিনবা হৌরকলে।

ঙসিদি শ্যামবাবু মন মচা অমিন্দ নাক য়েত্তা ঙংবা অসিদা থাংবা ঙমলকক্রমারে—মচা অমম হৌধুন। চংগ্রে। কদাইদা চংগ্রিবনো? উত্তমগী মনাকুনি। করিগীদমক? উত্তম অমদি গুরমাদাগী পুন্সগী লৈপুন শেমদুনা ভাইবং কমপাক অসিদা মুং-ঙাইবা পুন্সিদা য়াওহল্লগে নিংখিবনা।

শ্যামবাবু-রাখল লৈবদা অচুম অয়ান খিবগ। মমিং চংলবা মহাক্নি। ঙসিদি অচুম অয়ান খিবা ঙমদনা মচাক্নুপীবু মৈত্তে পাথং উত্তমদা—। মাইকৈ অমরোমদা য়েংলুরবদি শ্যামবাবুগী রাখল অসি অচুপ্পনি। মৈতৈনা বামোন্দা লুহোংবদি য়ারগা বামোন্না মৈতৈদা লৈবদি করিগী য়ারোইদৌরিবনো? ব্রহ্মসভা-না য়াদে হায়রিবসিদি করিগীনো? মখোই অচুদি মশাবু মশানা থাগৎচবা অপংবা মীওই ঙাক্তনি হৌজিক মখোয়না বামোন্দি অচৌবা শাগৈগনি হায়না পঙাং ঙাংলিবসি হৌরককম, চারৌ মৌরোকম খিক্লরবদি—। অসিনা মখোয়বু অয়াংবা থাক্তা থমদুনা মৈতৈবু নমথবসি শ্যামবাবুনা পাম্লমদবা য়াই নত্রগা। যমুনাদা ঙাংলগী ওইরকু য়াই। পুন্নমক অসি অরেকা ওইরমল্লু বাক্তোন নিংতোলনা মৈতৈদা লুমেংখ্বা য়াই লৈবানা অসিমা মহাক্না রাখলনা থমবিমখা মচাক্নুপীবু মৈতৈদা পিগে তেংথোকনি।

“কৃপা মরুম কনকা শিনাবিরে হায়দোকখ।

---

তরামঙা শুবা

## কাৱন-মৈচাক

অংনা ৱায়গা ঐগী থৱায়না লাংতক্লবনি। নংনা ফুঙাইবা উরগা ঐগী পুক্লিংনা নোকচবনি। নোংমতং উহৈদবদা হুমিং শিংবুম কয়ানি উহৈদবগা পাংথক্লবনি। ঐগী ৱারৱা মতমদা নংগী চেংলৌ উরগা অরা পোথানজবনি। অহুবু ঙসিগা থানা নক্তম কন্নাম কুইরক্লে—হুংশিবা নংগী শক্তম ঐগী মিৎনা উবা ফংলক্কবা? কদাইদা, কনাগা চৎমিন্নহুনা করম্বা মকমদা লৈরিবনো? ঐনা ঙসি অশোনবী অমা ওইহুনা অনাবা শকলেন্নহুনা কয়ুংথক্তা হিপলিবা, নংগীদমক্তা থনবদা কেন্নবা ঐগী হকচাংনি। কদায়দা শোয়খিগদগে নিংবদা মল্লবা ঐগী ৱাথুম্মি! কদায়দনো নহাকপু? ইবুংগী ইবেম্মা হায়না মিঙ্গোরম্বা নচল্ল অসিবু নংগী থম্মোয়না নিংশিংবা ঙমজরবরা? নোংমতং ক্লাংদনা নচম্মা নংবুডা হংলি, নংগীদমক থনবদা মীৎলু, তরুং ঈহৌরি—ৱাখল চৈনা ওইরক্লি. হুচু কুমেম তাইরক্লি। কয়ম্বা হুমিং থাদা নংবু উবা ফংলকহুনা ইমাগী অরাবা কোক্লখিগদগে। ইমাগী ইবুংঙো হুংশিবা! নংগী ৱাঙাং নিংখিবা মাবোংনিদা তারকহুনা থম্মোয় পেন্না নোক্লখিনি? হৌগৎহুনা চৎপা ঙমজরবা অনাবনা নমহৎলবা, হিপ্তুনতা লৈরবী ইবেমহনগী শোক্লবা থম্মোয়হুংদগী থোকখিবা খোল্লোক্লি। মচাগীদমক্তা মমানা ৱাক্লবা হৌরশিনি। কাক্লবা মকম মরাং থংদনা মাংখিবা হুমিক্তগী চাকম

থককম খংদনা লৈরকপনা মাগী মথৌনি। রাখম্না ননখিবগা চারক থক্রুক্তবন মতম কুইরক্লবদি মপুং ফাবা কল কংলক্লে। হিপ্পা নত্তনা মহাক্কী উপায় লৈরক্তে। অনাবা মীওই অমা হায়বা অদো ইবেমহন্দা ওইরে। সেবা তৌবিনবা মী লৈতবনা মতম কুইনা লৈমিন্নরক্লবা শ্যামবাবুগী ইমুংনা সেবা তৌরি। যমুনানা অনাবা অসিবু থল্লাই য়াওনা হোৎনজরি; মতম পুন্নমক্তা যমুনানা ইবেমহলবু থাদোক্তে। চাক্লবা থম্মোয়-সুংগী খোনথোক পুন্নমক সুজা ওইবী মহাক্না তারগা থম্মোয় পুবা ঙমদনা ওনথোইনা খাংজদ্রিবনি।

ভাংলৌলৈনা খেংলবা মীচিক মীরাওখোন তাথিজ্রবা মতমদা মচাবু শোন্দুনা পিগী মরিক শিন্থরকই। মমামক্লি খন্দুনা লৈজরিবী যমুনানা অনাবগী নাকন্দা ফম্নহনা শোল্লবী মহাকপু ঙাকশেল্লী। কাস্তবু কৌহ্না তেংথারকপদা যমুনা থম্মোয় পুবা ঙমজ্রহনা তুমিন্না কপলকই। ঙাইহাক কপলুরবা মতুংদা ইবেমহলগী অনাবা অসি হেনখিবা তারে নিংহ্না হিক্লবা খোনফমদা হায়রকই "কপলগন্নু ইমা। তামোদো শোয়দনমক্কী লাকখিগনি। অসুম কপতুনতা লৈরবদি অনাবা হেনগৎলগনি। লাইয়েংবা মীনা [doctor] হায়রম্বা অহ্ন কাওবিরবরা? "অরাবা রাখল খল্লবদি অনাবগী মথৌ হাপকৎকনি"। অসুম্না থেমজিনজরি। য়মুনানা চিন্নানগী লৈতেংদদি ইবেমহলবু থেমজিনজরি—থম্মোয়দগী পাথোক্না চেম্থরক্লিবা কাইন সুংশি ইচেন্দি থিংহ্না থম্বা ঙমদে। থম্মোয়দগী পাথোকখিহনা মীৎলুদগী চেম্থরক্লিবা পিনা অনাবগী মায়দা

ইতুংকম ওইরুরে। ইবেমহলগী মায়দা পিগী ইতুংকম ওইরবদা অহানবদা ইবেমহলনা ঙক্না থোক্লমলবসু অকোনবদা যমুনাগী পিগী ঈরানি খংলক্রে। মহাক্না হায়রকই — "ইমাগী ইবেম্মা, করিগী কপলিবনো ঐগীদমক্তা অহিং মীৎশেং থাওবদা চোকথত্নবা তৌরিবরা ? রায়গা ভাহাক পোত্থাজরু। ঐ করিসু থোই-দোকপা ভোদে"। রাহুলা ভৌবা নচম্ভ ইমা, ঐগী অমত্তা ভাইজরবা ইবুং মহাকপু মিংশিন্নকপদা থম্মোয় পুঙমদবনি। ইমাগী সেবাদা তোল্লবী নচাগী হকচাং অসি কেমজগেনে। হিক্লা হিক্লা কপলত্নবা পাওথুন্নকই।

যমুনাগী কপ্পগী খোনজেল তাবদা পাঙঙমজরবা মিৎ পাংলত্নবা হাইগৎপদা রারবা খুৎনা তপনা হাইগৎলক্লগা যমুনাগী মিৎলুদগী পিরাং তৈতেথোকপিরি। "ইমাগী ইবেম্মা নংনা কপ্পা উরগা ঐগী থরাই হকচাং অসি তনিক্রে — তোকলো কপলগনু" থেমজিনবিরি। মমা ওইবি মহাকসু থেমজিনক্রে হায়বতনি মহাক্কী পিরাংদি থিংজিনজবা ঙমদে। অরাবগা অরাবগা থেংনরবদা অরাববু কনানা কনবিবা ঙমগনি। পিরাং অনি তিন্নরবদা পিরাংগী ইচেলবু কনানা থিংবিগনি।

নোংমগী মুংথিন্দনি-যমুনা অনাবা শংলি। মতমদো ইথেং থেংলমথিরোই। মুজা ওইবী মহাক্না লাইয়েংবা মীনা চায়রম্বা মতুংইন্না অনাবদা হিদক পিথক্লি। অনাবগী কিভম য়েংলুরবদি কবা থরা রারগনি হায়বা নত্তনা অতৈ হায়রক্রোই। অনাবা অসি মী থাদোকপা মাত্রবা মতমনি। মপানলোমদগী

মুপাগী খোঞ্জেলনা ইমুং অসিবু মী কনা কনা লৈবিবগে হংলকই। মী লাকলিমানে হায়ত্তুনা যমুনানা চেনখোকলুই। মহাক্না উবা কংখি—শুমাংদা মকোয় চোমলবা পাখং অমথক লেপতুনা লৈম্লিবা। "করি তাকপিগদবা" পাওহংজরুই। চিঠি অমথক পুখোক্লতুনা "কান্তনা পীরকপনি লৌশিনবিহৌ" হায়রকই। কান্তগী চিঠিনি হায়বদা হরাওমনখিত্তুনা যমুনানা রা মখা তানা হংলমদনা মী লাকই হায়বা ফাওবা কাওখোকখিত্তনা ইমুং তম্না চিঠি পুরগা চেনশিনখ্রে। চিঠি পুরক্লিবা মুপা অহূম্ব ওক্লা অহূম হনখ্রে।

"ইমা! ইমা! তামো কান্তনা চিঠি অমা পীরকই"। মীৎতদি হরাওবগী পুঙমত্রবা ঈচেলনা লৈতেংলি। চিনবানদি মোমোন নোকলি। মচাগী চিঠি লাকই তাবদা মীৎলু অনি পাংলত্তুনা তানিংলে পান্নো হায়বগী মওদা য়েংলকই। যমুনানা তপনা চিঠি পাবা হৌরকই—। চিঠি পাবা লোইরবা মতুংদা হম্না হম্না য়েংত্তুনা হিক হিক কপলকই। মহাক্না য়েংলিবা অসি অতৈ নত্তে—চিঠিগী অয়োয়বদা অমুম্না য়াওরম্মী। "ঐগী যমুনা ইবুঙগী ইবেম্মা! তোল্লবী ইমাবু ঐনা থাদোকতুনা চৎপদি নহাক অমদি পাবুং ইমাখোয় লৈহৌরি নিংত্তুনা চৎপনি। ঐনা নংগী নকমদা হায়জরি—কনা লৈজত্রবী ইমাবু নংনা ঙাকপি-শেনবিত্তুনা লৈমিন্নরমউ। ইচেল লোংত্রবা যমুনাগী ইচেল ওইত্তুনা নিংলিবা ইচেল লেপ্তবা ওইয়ু"। মতেক অসিদা হনজিন হনজিন পাহ্নুনা মীৎলুদা তরং লাইজ ইহৌবনি।

মচাগী চিঠিদা মচানা লৈবাকীদমক অচৌবা লাম্না ওইরে তাবদা ইবেমহন্না নুংঙাইজরি। অরাবদি চিঠি অসিদা হনজিন হনজিন য়েংলুরবসু কাস্তগী লৈকমদি থংখিদ্রে। লোয়্নশিনখিবা মতমদসু "খন্নাইগী কাস্ত" হায়বগা লোইশিনদ্রে!

———

## তরাতরুক শুবা
# নুংশিগী চার মীতম্বা

তাইবং! খশ্মোয় নৈকোননুংদা নৈরাং নৈ-ঙ্ক হুলম্বা। ঙসিদি নৈরাং মতোম চোংহুনা তাইবংদা নৈশাং তয়গে নিংলবোই। নৈরাং নংনা হৌরকপদি ইকায় ফিজং হাংহুনা অরাবা শক্লোন লাংনবা নত্রা? নৈকোন মপু মহাক্না নৈরাং মরু হুলমবদি তাইবং কনা খংদনা নাইতোম নৈশাং তমহুনা নিংশিং খুদম থনম্বনি। নৈরাং ওইবি মহাক্কি তাইবং মমাং থোক্লগে নিংলবোই। মীপায়জরবী মকশিল্লবা মায়থোংনা নৈখাদা য়েংলহুনা মদোম খল্লকপা যমুনাগী আশামি। রাশক পলোন খাহুনা নুংশি নৈকোননুংদা কাওদ নৈরাং হুলম্বদি নৈরাং মতোন চোংলক্লে। অরাবনি যমুনা, কপ্পা লাকপা মপোক্কি. কপ্পা লোইয়্ তমগ্রবোই নুরা নংগী পুক্সিসে। থাজবা নৈরোন চল্লুবা. নুংশি পরৈ চেৎলুবদি অরাবা মায়োক্লহুনা খুদাং শিকম তৈয়্ তমগ্রবোই। তাইবং কনা খংত্রিভৈদি খংত্রিভৈনি; খংলক্কবা ময়া- য়োই। খংলকলবা মতমদা পলেম ওইবী মহাক্না নৈরাং নৈপু হংলকনি। পম্বো ওইবা মহাক্না নৈপু থোক্‌লশিরকনি। কন্না খুমগনি যমুনা—অশেংবা তাকত্রা—পলেম পম্বোগী মফমদা মীনম লাং থাকত্রা? মশুংলাংগীদমক্কি পুক্সি অসি মাংজরবসু জোংপা য়াবা মথে লোৎখিগনি। তাইবং মীমাং কোংদোকপা য়াত্রি। তাইবং অসিদা কনা নৈজত্রবী মপাংলক্পী নাইতোম তাহৌরবী

পলেম শক্লবী অমা লৈরি। করিগুম্বা অশেংবা তমলুরগা তাথিবা খোক্লবদি অনাবা হেনগৎখিছুনা লমথাংদা পুন্সি কেমথিগনি। অছুদি নং মীনম্বা তারব্রা? মীনম্বা নত্তে, মতম থরগীদমক লোৎকদবনি। করম্বা মতমদা ষোংদোকদোরিবা—? মছুগী মতম লাক্লখিনি। মহোম থল্লকপা রাখল্লি। নিংভোল নহাক্কী সুংশিগী হৌরককম মঙোন্দা ওইরুরবদি পিরাংলক্কা পুন্সি কেমউ তমগ্রবোই। অচৌ-কোন্দা চাওজবা সুজাগী পুন্সি ওইরবসু (সুজাগী) নোক্ল-চাওবা তাইবংনা নোক্ল-য়াকা লাল্লনি। য়ুমথোং খুদিং, নংবু অথংবশিংনা নংগী মরমদা চিবোন চিবোন রারিনরনিদো। অরা-বনি যমুনা! মালেমথক্তা চেল্লিবা যমুনাগী ইচেন্দী অশেংবা ইচেলনি থাজনরি। তাইবং লীলাদা চেল্লিবা যমুনাগী পুন্সি ইচেলদি কনানসু অশেংবা ইচেলনি হায়রিবিররোই।

হৌজিক ফাওবদি থংদ মরুম থুপলি—কনানসু ভাংনখিরোই। হয়েংগীদি তম্বা ভমত্রে। রাখল লৈরবা শ্যামবাবুগী করম্বা রাখম্না তাইবং থংদনবা হোৎনরকদগে?

থেংলবা অহিংদা থাবনগী ইপোমদা রাখল চৈনা খাংবা অমা মপান খোকলুই। থাজগী নিংথিবা মায়থোংবু উরগা অত্তৎপা লৈত্রবা পিরাং শিম্বুরকই। মতোমতা মুক্লম মুক্লম শোন-ছুনা মরাল লৈক্কত্রবা থাজবু চৈক্লরি "অছুঙৈ থাজ নংনা সাক্ষিনি হায়রিবদারি—ভসিদি কদায়। পাক্লল শোল্লবী সুজানি থংলছুনা ইতোমতা কত্রবা কারনবগী নিংভমদবা মৈরিলক্কা লাংশিনলিবরা?

থংলৈ নংগী পূকচেল— ফজবা নংগী মায়থোংদা অমকপা 'মায়হিং কায়িবা অচুনা লেপ্পা লৈত্রবা নংগী থম্মোয়দি কোংদোক্‌লি'। সুংশিবা থংদবসু নহাক্লি।" থাজ অচু সুরাগী অথিবা য়ায়া তাবদা থম্মোয় পুবা ওমত্রমাল্লে লৈচিনক্লা লৈশিনখ্রে।[১] থাজনা রাবা উরগা অতিয়া কৌবা নহাক্লা লিক্লাগী মুক্তা খিকথরক্লুনা "লাপ্লিবদি নিংতোল নহাক্লি" থেমজিল্লি। যমুনাগী মশাদা পালহৌত্রবা লিক্লাগী মুক্তানা তিংথৌ মতোন্দা পক্তুনা নিক নিক লাওনা সুক্সাগী অরাবা য়েংওমত্রে কোংদোক্লি। মমাংঙৈদা সুরা মহাক্লা পামজবা মহাক্কী তম্পাক্তা নাওথি শাজখিবা মকম তায়া লাক্তুনা বোকুল মথোংদা লেপলরে। ওসিগী থাবনগী অহিংদদি বোকুল মহাক্কী লৈনা চোইনা তারমত্রে। শংবায়বা মহৈনা হায় হুমতুনা রাখল থেনবী যমুনানী নোক্লবীয়ল্লে। ওসিগী অহিংনা থাবনগী অহিং,—হে খিবা অহিং অমনা নোংজুগী অহিংগী অমম্বা মতম —। উকৈগী মথক্তা নাইতোম তারবী চেক্লা অমনা থাবনগী ইপোমলক্লা লাক্লা লাক্লা খোংতুনা মপিজা থিজরকপা – চেক্লাগী খোজেন তারগা যমুনাগী থম্মোয়দা হৌপ্রবা থৌরোক অম নিংশিংলকই । অমম্বা অহিংদা সুক্সা ওইবি মহাক্লা পাথংগী নাপ চিক্লা পাওদমজখিবা—চেক্লা অনি মায়কৈ তিন্নদনা প ইখিবা-নিংশিং খুদিংগী অরাবতা ওই-রক্লি। সুক্সা, চেক্লা অনিগী অরাবা থিবিকপু মমাংঙৈগী থুংশেম্মা য়েংলগা থাক্লা থাক্লা নোকতুনা কয়েম্মরক্লি। মহাক্কী নাকোংদা তারক্লি-সুংশিবা হায়বসিদি শাবি শানৌ নখোয়গী য়েক্লবনি। মহাকপু থাগোন্দুনা থম্মোয়দা থমলুয়বদি অরাবা নংবা শোয়ত্রবনি। থংনা

খংদনা থাদোক্লুরবা দুংশি লৌমাগী পোলোই য়েৌরক্লাইদনা কল্লিগী কপদ্রিবনো। নংগী অরাবা কল্লিগী ঐখোয়দা উৎলরিয়নো ? নংগী পিরাংগী থুংনকম মকম অসিদা নত্তে। যমুনা নাকোং অনি মথুৎনা লেমশিন্দুনা থাংখ্রে। মনাক্তা হৌরিবা উ-রা শিরিক্তা অরানবু কনকীনু য়েংজরকই।

মরোল খোক্তবা উপাল রাপাল খিবিকসু পুক্তাগী অরাবা য়েং-লমদনা ভুমিন্না লেপ্তুনা লৈরে। মসি ওইয়ে তাইবংপাল ! চেক্ত চেক্ত-শিন্নরবদা ঐ নত্তবা কনা লৈরমগে। মরুপ মপাং লৈবগী কানদবনি যমুনা-নংনদি থম্মোয়গী অরাবা কগত্রা নিংছুনা ঈংলবা থাইনগী কজবা থুংশেমলত্তা লেপলুবা মখোয় কাওবনসু নঙোন্দা চৈরকলিবসিনি, মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রো। নাইতোম তাবা চেক্লা অছুসু লাক্লা লাক্লা খোংছুনা মকম অসি থাদোকখ্রে। যমুনানা থল্লকপা আশানি। লেপ্পা ভমলকত্রমাল্লে নাকোং অনি মেল্লছুনা "থাইনগী কজবনা শাবী শানৌগী য়েক্লবনি" মচিন্দা শোল্লছুনা ইমুং তম্না চংশিনখ্রে।

"অছুবৈঙ অমমবা অহিংদা মপাং কাইনখিবা চেক্লা—হুন্না পাখং অনিগী মিৎয়েংদা উখিবা কায়ন থুদম ওইরমলে।

কা মক্তুংদনি। অঙানবা থাওমৈনা ঙান্না থাল্লি। যমুনা কমুং তন্না চেনশিনখিছুনা হিক হিক কপলুরি। পিরাংনা চোৎলবা ম্যারখোংনা লৈখোল্লকপদা অছুবৈগী মতমদা কল্লাংগী লাই উরুবদা ইকাই মরুম থুপখিবা চেক্লা অনি চিলোকনবহু ঙসিসু লেংদনা

মৈরম্বা উরুরে। যমুনাগী মিৎয়েংগী মমাংদা চেক্লা অমি শাম্মজুনা মৈরম্বজুনা খাংগুমদবা থম্মোয়ম্না করিস্থ খংজদবা অয়েকপা অত্থদা পাইজো হায়না লাওরকই। মহাক্কী খোল্লাওনরা নত্রগা অরাবা—য়েংগুমদবদগীরা-ভাপা-খাল্লম্বা থাওমৈ খংহৌদনা মূৎথ্রে কল্লাংদা থেৎলিবা ঘড়ি মখোলনা ১০ রক গোং-গোং খিংলকই।



তরাতরেৎ শুবা

# চীংনুংদা

চীংলক্কনি। মোরেগা তুমুগা তাইনবগী মরক্তা খোংলম্বী অমা লৈ। লম্বী অসি অচৌবা লম্বী নত্তে। মসিদা চৎপা অসি তুমিন্না পোৎ পুথোক পুশিন তৌবদা চৎপা লম্বীনি। মণিপুরগী মখাগী অরোইবা মফমনি। ব্রহ্মাগী অরাং ঙমখৈগী অরোয়বা মফমনি। লম্বী অসি লাম্মীনা ঙাক-শেন্দুনা লৈব্রে। মরমদি মণিপুরদগী মাংখ্রিবা মীওইশিং অসি ফাননবগীদমক্নি। মাংখ্রিবা মীওয়শিং অসিদি অতুঙৈ থুঙ্গগী ময়োল অমদা অরোনবা ঙাংনখিবা মণিপুর লৈবাকপু চাওখৎনবগীদমক পুনখিবশিং অতুনি। মখোয়না পাংথোক্কে নিংলিবশিং অসি মণিপুরবু ঙাকলিবা মীওইশিংনা থংলবনি। মখোয়না তৌরক্দোরিবা থবক অসিনা অশি অনা কয়া থোকলক্কনি. মাইকৈ থুদিংমক নোংমৈগী মখোন্না পুমনিন নিল্লগনি। মরম অসিদগী মাংখ্রিবশিং অসিবু ফাননবা খিরিবনি। মখোয়শিং অসিগী মতুংদা লুচিংবা অমদি য়াওরমগনি। মহাক অতুবু ফাননবা থিবিবনি। লৈবাক রায়েল চুপদি পায়রিবশিং অসিদি পাও অসি তাবদগী লৈতাকম খংখিব্রে। তৌরিবা থবক অসি মখোয়গী মথক্কনি। অমুম্না ইমাং হৌরবদি পুক্লিং লৈতানা থবক তৌবা ঙম্নরোই হায়না

মিপায়রক্লি। অতুবু ৱাখলনা অসুম্না থনজৈ, শেনজা থুমজাগী থবক্তি তোকত্রি। মখোয়না হুৱান চিনথি তৌবা মুংঙাই-নবগীদমক মাংগ্রিবা মীওইশিং অসিদা মৱান পিশিন্দুনা কাননবা হোৎনরিবনি। মরম অসিদগী মণিপুরগী চীং লম্বী অয়াম্বা লাম্মীশিংনা ঙাকপ্রে।

হায়রিবা লম্বী অসিদনি। থেংলবা অহিংগী মতমনি। নিপা অনিখক অৱাং পাংনা লাক্লি। মখোয় অনিগী মশাদা য়েংলুরবদি থোইদোকপা থুংশু থুংলাই য়াওদবা মাল্লি। মখোয়না অৱাং পাংনা লম্বীগী মতুং ইন্না লাকপনা মোরে ফংগদবা চীংথুম অমগী লম্বীদা মঙাইরে। মফম অসি য়োরকপদা ইথং খংহৌদনা নোংমৈগী মখোম্না মায়কৈ থুদিং নিনপ্রে। মখোয় অনি মুংশা থীরতুনা উজাও অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈপ্রে। নোংমৈ কাপলকপদা নোংমৈ মতোন্দগী থোরকপা মৈম্বিনা অমম্বা অহিং অসিদা উবা ফংই। মতম ফনা শাংনা কাপনরবা মতুংদা লানগী ফিজোল লৈতেংলবা মুপা অনিখক মখোয় অনিনা লোৎলিবা মফম অতু তম্না চেশিল্লক্লে। চেল্লকলিবা পাথং অনি অসিগী মৱক্তা অমদি থুংলাই য়াওদে অমদি নোংমৈ পায়রকই। মখোয় অনিনা কম্না চেল্লকপদা লোৎতুনা লৈরিবা অতুরাইদা নোংমৈ পায়বা নিপা অতু তুরে। তুখিবগা লোয়নন্না মায়কৈ মরিদগী 'ফাও, ফাও' লাওতুনা লাম্মীশিংনা চেনখিনলকই। লোৎতুনা লৈরিবা নিপা অনি অতুনা তুরিবা অতুগী মনাক্তা চংলকলগা হংলকই—
"অতৈ অতৈ কদোমদা চেনপ্রে। কম্নি মৱমগী মফম অসিদা

কাপনরুরিবনো" ? "য়াদবা মতাংদা কাপনবনি। মীনৌ লাকপা অতোপ্পা অতৈ অহুদি লম্বী অমরোমদা থাদোকতুনা চৎহনপ্রবনি" তুরিবা নিপান! হৌগৎতুনা থুম্লকপা পাওথুম্নি।

"মকম অসিদা কুইনা রারী শাবগী কান্নবা লৈতে। ঐখোয়গী য়েক্লবশিং নকশিল্লক্লে। চীং অসিগী মতোন ওইনা কাখৎলগা মখোয় খরা লৈরমগনি। মখোয়গা চংমিন্নগ্রে। ঐখোয়না মথা অসোমদা অম্ম লাক্লগে"। অতোপ্পা নিপা অমনা হায়রকই "অহুগা থবক অসি তৌরুরবনিনা মপুং কামধা হোৎনবা তাই।"

তুরুবা নিপা অহু 'ফগনি' হায়রম্লগা চীংতুম মথকলোমদা কাখৎখ্রে। লোৎলম্বা পাখং অমনা লৈথোকতুনা চৎকে তৌবদা ওসাই লাওথিবা খোল্লাও অহু লাওরতুনা লাম্মীশিংনা পুমকোয় কোয়শিনখ্রে। মখোয় অনি চেনকম লৈত্রে। মায়কৈ থুদিং লৈনা য়েংলুবদা নোংমৈ মতোন ওাক্তা উখ্রে। চেনকম লৈত্রবদা লাম্মীশিংনা হায়বা থুদিংমক য়ারগে নিংখ্রে। মশাদি থক থক নিকই. মখোয়না থল্লি - করিগুম্বা ঐখোয় অনিনা চেনতুনা থবক অসি মপুং ফবা ওমত্রবদি করম তোবা! খোল্লবা হায়বহুনি খল্লোকতুনা তুমিন্না লৈথোকখ্রে।

"পাখং! নখোয় অনি মকম অসিদা করি তৌরমলিবনো" ? লাম্মীগী লুচিংবগী রাহংনি।

"অথৌবা, খরা থুনা মোয়ে য়োনিংবদগী অশম্বা লম্বী অসিদা লাকপনি। ঐখোয়না মকম অসি য়োঁধদা মাইকৈ

খঙদনা নোংমৈ মখোন তারকপদগী উজাও অসিগী মরুমদা থুপত্তুনা লৈজবনি।”

“নখোয়না কদায়দা চৎলুরিবা” ?

“তুমু হায়বা লৈবাক অত্ত য়েংনিংত্তুনা চৎচরুবনি”।

“নখোয়গী লৈফমদি কদায়রাইদগীনো” ?

“ইম্ফালদগীনি”

“নখোয় অসি য়াম্না চিংনরে মরম অসিনা ঐখোয়গী লৈফম য়ৌরুবা তারে”।

“অখোবা ঐখোয়বু মফম অসিদা অসুম লৈজহৌবা য়ারোইদ্রা ?”

“ঐনা হায়রিবা অসিনি নখোয় মফম অত্ত তাম্না চত্তবা য়াদে, চৎলাসি।

লুাচংবা অসনা লাম্মাশিংদা মখোয় অনিবু পুরকউ হায়না ইঙ্গিৎ তৌখ্রে। নিপা অনিগী থম্মোয়দা কল্লবা আশা অমগী মৈরিনা চুখ্রে।

লাম্মীগী মথুত্তা তারবা পাথং অনি অসি মণিপুরদগী মাংখিবশিংগী মরক্তা অমনি। মখোয়না লম্বী অসিদা লাকপদি মণিপুরদা মী খোমলুনবগীদমক থাখিবা মীওইশিংবু ওক্লনবগীদমক লাকপনি লাম্মীগী ফিজোল শেৎপা চেনখিবা নিপা অনি অত্তুনী—মী খোম্বা চৎলুবা। অনৌবা ফংলকপা মী অত্তুনা চুরাচান্দপুররোমদা নিপা অমনা লমজিংত্তুনা চৎহনখ্রবনি। মখোয়গী উন্নফম্না ব্রহ্মাগী ময়োন তুমুদনী।

লাইবক থিবদগী নিপা অনি অসিনা মণিপুরগী লান্মীশিং অসিগা থেংনরুবনা থরাই হিংনবা কাপনথিবনী। নোংমৈগী লান্থেংনরুবা মীওই অনিনা চেনখ্রে; মথোয়বু ওকপা লাকপা অনিনা ফাত্নুনা লৈহোরে।

## তরানিপান শুবা

# ব্রায়েল ফল লেপ্পা।

শ্যামবাবু অচুম অয়ানগী রায়েল্লুরবা মতুংদা হল্লক্লম্মী। ঙসি নোংমা নিনি অসি রাথন কয়া ফুংঙাইতনা উই। চাবা থকপগী রাথন চংদে, নিংথিরবা মায়থোং মকশিল্লি। ময়ুমদা হল্লকপদা মাঙ্গোম্দা ফমছুনা রাথল থল্লি। অসুম থম্না থম্না সরক-লোমদা য়েংথোকলুবদা উমেশ্বরনা মফি মরোল নাম্না শেৎলছুনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্বা উরুম্বে। মহাকপু উবদা অঙকপা রাথল অমা লাক্লে। যমুনানা কুচু তাইকেৎ তাইছুনা অহিং ফুংথিল পিরাংতনা ইরোইনরিবা অসি হংলুরবসু হায়দোক্লরোই। হংলুবা ঐনা লাল্লে। তাইবং কনা তাদ- উত্রবা মতমদা উমেশকা উনছুনা-তাইবং লিলাদা থোংদারুবদগীনি। অছুদি করিগী মহাক্লা কপ লিবনো? মপা ঐবু কিছুনা উমেশকী তুংইনবা ঙমদবদগী কপলিবনি। মপা ঐথোয়গীদি মচাগী আশা থুংনবা হোৎনবনা তৌগদবা মথৌনি। থিন্দনমক মহাকপু উমেশকী মনাক্তা থিনবিরুবনা অফবা অমা ওইগনি নত্রবদি ঐগী য়ুম অসিদা ফুইনা লৈরবদি লৈকায় মীনোক চংলক্লগনি; সমাজ মীনোক মীয়েংনা পল্লোনগ্রগনি। অসুম্ন থনবা তৌরক্লে। অঙকপা শ্যামবাবুগী রাথলনি! মচাগী থম্মোয় লৈকোম্দা লৈরাং ইছুন তমলকলিবা অসি অছুবৈগী মমাক উমেশকীনি লেপগ্রে। অমুকসু মত্তোমতা রাথনগী অচুম অরান রায়েন ফম হায়দোক্লবা

হোৎনরক্লি। যমুনানা উমেশকী ময়ুমদা মৌ ওইত্না লৈরুবা মতম অসি য়ামত্রবদা থা ৫। ৬ লোমদি ওইরমলগনি। মম্ম অসিনা ঐগী ইচাবু থুনমক থিনবিরগনি। অস্তুম্না থম্মোয়স্ৎদা খল্লত্না যমুনাবু উমেশকী ময়ুমদা থিমবনা মহাক্কী য়াথনগী অরেপ্পা ওইখ্রে।

ইমুংলোমদা চংলক্লগা পিরাংতনা চোৎলবী যমুনাদা পাওহং-লুরি—"ইবেম্মা! নংগী নপুক্লিংদা করিমত্তা চিংনরুগন্থ, অশেংবতা হায়দোকউ। ইপানা ঙসিস্থ মীশক অত্থ খংনিংই"।

চোইনা তাৱবা শম্লাংনা খুমজিনলুরবা মায়থোংনা মপাবুংদা হাইরপ য়েংলমলগা মখোন থোক্লা কপখ্রে।

"ফরে, নংনা ইকায়ত্না হায়নিংত্রবস্থ। ঐনা চিংনৱিবা মীশক অত্থ অচুম্বরা"?

যমুনা মশা পুম্বা মতু চুঙথি মপাগী রাহৈ অসি ভাবদা মহাক্লা খল্লি—তশেংনা অতোপ্পা তামো কাম্ভগী মরুপকী মকমদগী খংলক্লরবা? খংলম্বা থোক্লবদি পলেম শক্লবা ইবেমহনদি কল্লম্না-ভাইবং অসি থাদোক্লমত্না অনৌব, ফমপাকতা থোংদাথিবা-য়াগনশিং অসিদা লুপত্না মীপাইবা হৌখ্রে। অন্থবু মহাক্কী মচিন্দগী য়ারম অসি থোকথিবনি হায়বা অসিল্লতদি থোকহল্লরোই হুপীগী য়াখন্দি ভেল্লা মপানগুম্বনি হায়বা অসিমতদি হাম্বল-ল্লরোই। হুপীগী শল্মোয়স্থ নিপাগা চপ মাম্নে। নিংল্লবা আশাবু লোয়চে খংহনলমল্লগে মতাগুম যমুনা তুম্নিম্না লৈখ্রে।

"য়েংঙোই পুন্নমক ঐ থংলে। অহুঙৈগী উমেশ্বরগী শোয়দনা ওইরমগনি"—।

যমুনা মপাগী য়াঙাং তাবদা মশা থক থক নিকখে ; মমায়না মোনপাক্তা নৈরহুনা—"নত্তে পাবুং নত্তে, মকম অসিদগী থোক-পিখো; নচা টদোম পোথাকহোগে" হায়রকই

"ঐ থংলে। ইপানা শোয়দনমক্তি অকবা ফুমিৎ য়েংলগা মকম অহু তান্না থিনবিগনি কপলগন্নু"—। থোকখ্রে।

যমুনা ফুংশি কায়না পিয়াং ইচেনক্ত মাপাইকবি মায়থকপী ইরৈ য়াওরক্লে। ইচেল—ইরৈ অনিনা খম্মোয়গী তোর্বান্দা রৈবদা থাংওমত্রবা তোর্বায়া নিক নিক লাওনা থাংলি। কল্লবা ইরৈনা মপাবুংগী অয়ানবা য়াহৈগী কাওশিংবু লৈনা লৈনা পুয়ক্লি। কাওশিংগী পহ্‌ংকম য়োথ্রবদি যমুনাগী ইচেলদি থংহোদনা লেপ্পা—হে তাইবং যমুনা। য়ানা চেন্ননিদে। নহাকি গূল্লি ইচেল। অচুম্ববু থুমজিন্দুনা অয়ানবনা অচুম্বা শাবা তারি। অহুবু যমুনা নিংজবা নহাক্কিদমক্ত খম্মোয় চেৎনা মহাকপু থাগোনহুনা অশেংবা পরৈ শেংদোক্লগে নিংলুগন্নু। পলেম শক্লবি ইবেমহনবু নিংশিংউ।

"বালা ! বালা" ! য়ায়েন মপু শ্যামবাবুনা কৌরকই।

"করি তাকপিগদবা" ? বালাগী পাওথুম্মি।

"অনাবা করম তৌরি। লাইয়েংবা মীনা অনাবগী মওং করি হায়রমই ?

"থোয়দোকপা তৌত্রে। হায়দগী য়ায় করে হায়রমই"।

"হিদাক লাংথক্তি লৈরিবদনা" ? তাং তাংলহুমা অনাবগী

মনাক্তা চংলক্লম্মি । অনাবা খরা কয়বয়া হংলকলম্মি। ইবেমহন মমিং অনি পাংঙমদনা পাংলহ্নুনা খরা মুংঙাইজবে পাওখুম্লকই। বাদা ইবেমহলগী মনাক্তা চংশিল্লহ্নুনা মকি মরোন শেমজিনবিরকই।

"করে য়াম্না থুনা করগনি নপুক্লিংদা অরাবা খম্নুরগনু"। শ্যামবাবুগী রাহৈঁান।

হংবদি য়াম্না হংনিং, ঙাংখোকপদি ঙমত্রবা খোঙেন ওইখিবনা "ঐখোয় কাপ্ত" হায়রম্লগা মখা তাব ঙমদনা ইবেমহন ভুমিন্না লৈরে।

কাপ্ত পল্লকপদা রায়েল মপু অহু কোকচাওবি কারে। কাওখোকলুরবা কম্বিগুম্বা অমা খংহৌদনা নিংশিংলক্লে। রায়েল-শংদা লৈরিডে মতমদা মখুং তুংবুমহ্নুনা পুরকপা পাখং অনিখকি খোদোক নিংশিংলক্লে। ইমুংগী য়ুম্বিগুম অনাবগী মমাংদা লেপত্নুনা লৈরে। মহাক্কি রাখল্লা মশক মতৌ চংখোল্লবা পাখং অনিবু উরক্লে। অনিগী মরক্তগী অমনা শ্যামবাবুদা মুম্না য়েংলগা হায়রকই—"রায়েল মপু অচৌবা। লায়ন-মুংঙাই খিহ্নুনা রায়েল খোদা তৌবদি মিংচং ঙমখৈ লেপ্লনি। মালেম মনিপুর লৈমনা শাওবনি।"

অতোপ্পা অমা অচদি মুম্না কাওবা য়েংঙমদনা মহাক্কি মরূপপু পুখোকখিহ্নুনা রায়েলশংগী মপান্দা লৈখিবা— পুম্নমক নিংশিংলক্লে। শ্যামবাবু অনাবদা মুম্না য়েংলহ্নুনা কয়ি খুমগনি খংদনা লেপত্নুনা লৈরে। মায়কৈ অমহোমদা যমুনা, অমারোম-দদা কাপ্ত, শ্যামবাবুগী রাখল হিনাও ইচেল কল্লবা ইরোং অনিগী

থাটদোক্লকমদা পন্দুনা লৈঞ্রে। কদোমদনৌ হিনাওনা হোনগদবা, ইরাক্লদনবা হোৎনৌ— কল্লবা টরোংনি, শ্যামবাবু! রায়েল মপুগী হিনাও ওইরবসু ইরাক্লদবা হোনদে— চেকশিনবিয়ু বাবু। কল্লবা আশাগী থোক্লেম্নি।

## তরাযপল ওবা

# থিনবিবা

অঙকপ শ্যামনী রাখলনি! মচানুপী যমুনাবু উমেশকি ময়ুমদা থিনবিনবা হোৎনরি মুম্না খল্লুরবদি অঙকপা ওইবা য়াযোই, মহাক্না তৎতনা থাজরি। যমুনাগী ইরোনচুংদা লৈরিবা মণি অসি অচুবৈ উমেশনা খনম্বা মনিনি। মহাক্না বালাগী মকম-দম্নু রা অসি তঙ্গা হায়রিবনি মতম অচুদা বালানা মপুরোইবগী মকমদা খুমজখি—"করিগুম্বা উমেশন মাগী নত্তে হায়রক্লবদি ইকায়বা নত্তনা করিসু কংলোয়।"

"অহানবদা মহাকি মকমদা ঐন হায়ঙগনি। করিগুম্বা য়ারকতবা ওইরগনা নমচুন ইচাগী আশাগী ঙমথৈ য়োননবা হোৎ-নগনি। মরম অসনি। ঙসি হয়েং আস ইচাগী মবুক নাহনগনু।"

"মখোয় পাবুঙ! অমুক্তা মুম্না খনবিরগা তৌগদব খবক্তা তৌবিয়ু।"

"ঐনা হায়রিবা অসিনি মহাকি শোয়দনা ওইগনি।" অমুকসু মচাগী মনাক্তা লাকগা মচাগী মকমদা উমেশ্বরগী ওইরিনি হংলুই। মতম অন্নদনা যমুনানা খুমলকই— পাবুং য়াকম অসি তোক্লসি। করিগুম্বা পাবুংনা তশেংনা নচাবু দুংশিবিরবদি অমুক হংবিরক্লগনু। মিপুম খুদিংমক্না ঙাংনবা খিবিক তাক্লনা লৈজরগে।

" ঐ লোয়না থংই। নপা ঐবু কিহনা হায়দোকখ্রিবনি। নোংমগী ফুমিদাং য়াইরমদস্তু উমেশ ঐখোয়গী খোঙান্দা লৈরম্মি। চিংনগন্নু ইচানা নিংলিবা থুংহনগনি।

"পাবুং— –নত্তে! য়াখল অস্থু থাদোকপিহনা নচাগী আশাগী লখৌদা অপনবা পিবিগন্নু। শোক্লবা যমুনাগী য়াহৈনি।

শ্যামবাবু মচাগী য়াহৈ তাখ্রিজ্রে। মহাক্না নিংবা পাংথো-ক্লগনি হায়না লেপখ্রে। অনাবা মী অমা ওইহনা লৈরিবি ইবেমহলদি ইমুং অসিগী থৌদোক অসি থংদবা নত্তে থংই। থংলবস্তু মহাক্তি তৌনিংঙাই লৈত্তে। মহাক্না ইমুং অসিদা পুম্না লৈরবা মতমদগী যমুনাবু কৌরগা ওংতনা হংলিবনি—— মীশক অস্থ কনানো? অস্থবু মহাক্তি য়াহৈ তারগা যমুনা মিংকি পিয়াংনা য়াহৈগী লৈচন ওইহনা হিক হিক লাওবা খোঞ্জেলনা পাওথুম পিহনা মতোকই। খোঞ্জেল থোক্লঃ কপ্পা ইবেমহন্না উয়গা থম্মোয় মৈচাক ওটহনা অনিয়ক শুনা প ও হংবা শমদে।

যমুনাবু পোকচবি পলেমনস্তু মচাগী মকমদা ফুংশিবা য়াহৈনা হংলুরবস্তু অরেম্বা ওইহনা তোকই। অখিবা য়াহৈনা অয়াকপা খোঞ্জেলদা লাও খোংহনা হংলুরবস্তু অকাংবা লৈপালবু হায় হাপ্পুনা লিংবত্তম মতোকই। ইমুং অসিদা লৈরিবা পুম্নমক ময়া কুমহনা তোক্লবনি। শ্যামবাবুগী আশানা অচুম্বা ওইরবনি মতাং অসি য়োরবা কাওবদা যমুনা মচাক্তি হায়দোকপা য়াখ্রিবরা? য়াখ্রি কয়িওবা হায়দোকলুরবদি মচা কায়নবগী মৈচাক্না অনাবা শকলাংখ্রবি ইবেমহল মচাবু উনবা কংদনা লমথাংদা পুক্তি কেমগ্রগনি। য়াখল

অসি ম্রুভাগী মকমদা নৈখিবনা হাম্বদোকত্তবনি। অমরোমদনা হাম্মদোকনুরগা কাস্তু মকম অসিদা অম্রুক হন্না খোংদাবা ভয়োই। ম্রুংশিবগীদমক্কা পনেম পস্থোগী মকমদা মিনম্বাদ মম্মাম নৈনেতে।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা মত্তম ম্রাম্না হৌঙ্গে। হন্দক্তি কাস্তগী ম্নাহৈ অমক্কাওবা তাখিদ্রে। অত্থব্ ইমুং অসিদা কাস্তগী মম্মদা অথংবা অমদি ম্নাওম্নি. ম্নাওম্নবস্থ কনাগুম্বগী মকমদা হাযদোক্কে। করিগুম্বা হামদোকনুম্নগা অম্নাবা পিম্নাংতনা ইম্নুং অসিদা ইচেল ওইম্নক্কনি। মহাকস্থ কাস্তগী ম্রাক্কম অসি নম্বি সড়ক্কা নিং-শিংনবস্থ ইম্নুং হেক ম্নোম্নকপদা যমুনাগীদমক খনবদা কাস্তব্ মিংশিংনবা মত্তম নৈখিদে।

ভসিদি যমুনা মত্তম কৃষ্টনা চাদ খক্তবদগী অনাবা অমা ওইম্নক্লে. হৌগংত্নুনা চংলি হায়বত্থ্ মভাম্নবে ইম্নুং মাঙ্গোল খোকপা নম্ভনা লাপনা চংপা ভমখিত্রে। ম্নায়েল মপু মচাগী মভো ঊম্নগা খাংবা ভমলক্কে। মহাক্কি খম্মোয় ম্রুগুম্না কল্লগে নিংঙ্গে। অনিংবা পাংথোক্লগে খনঙ্গে।

ভসিদি শ্যামবাবু, যমুনা উমেশকী ইম্নুংদা কম্নহ্নুনা উমেশকি মমাগা ম্না ভাংনম্নি।

"ইবুঙো নচানা ওকল্লগা কম্নিস্থ খংত্রবা ইচা মুপা অসিদা ভাইনরিবা অসিবু করিগীনো" ? উমেশকি মমাগী ম্রাহংনি।

"ইতৈমা উমেশকিনি। ম্রাম্নৌবিগদু ম্রুপীমচা অসি নৌ-শিনবিহৌ"।

ঙকপনা উমেশ খম থেংশ্রে। শাওরপ তৌবা খোনজমদা হায়রকই—“কয়্যা” !

শাওখিগনু উমেশ ঐগী রাহৈ অসি ভাখো, ইকায় হল্লোয়দনা হায়গে। ওসি ঐ লুহোংলে ! ঐ অসি অয়াপ্পা লমদা থবক তৌদুনা লৈবদগী চৎভবা য়াদবনিনা লুহোংলবা মতুং লুমিৎ নিনি ওবদা অনৌবিবু থাদোক্রমদুনা খোংশানলে। চহি অমগী মতুংদা য়ুমদা লাকপদি নহাক্নগী অনৌবি অদু হকচাংগী কুচু ওন্দুনা অতাং অমগী মমাগীদমক শেম শারম্লে। মতম অদুদা ঐনা লুপি অদু ওক্কবিনি, ঐগী নত্তে হায়খিগদ্রা ?

রাহৈ অসি ভাবদা উমেশ মমা মচা অদু পাওখুম পিবা ঙমখিদ্রে। মরমদি যমুনানা ওকত্রবসু মতম অমদা উমেশকি শেগা তাংজরম্বনি। উমেশ চিংনা-চিংননা যমুনাবু মাগী শেগাদা অমুক থম্বা তারে। যমুনাদি য়াগদৌরিবরা ? পম্বৌ মহাকপু কিজবনা খুদাং পিকম্রদুনা নোংলৈ মরক অসিদা লৈহৌবা তারে।

ইতৈমা অমদি উমেশ ! যমুনাবু হয়াও হয়াও লৌশিনবিয়ু। মচাদা য়েংলগা—ইবেমা ! ইতৈমগী মকমদা লংজখিবা পুম্নমক নংনা লানবা ঙাকতনি ঙাকপিয়ু—থুক্রমউ।

যমুনা লুংশিখিত্রবা মনেমবোক্কী মকমদা থুক্রমলে।

উমেশকি মমানা মচিন্দদি মোমোন তৌরদুনা থম্মোয়দগি অঙকপা লুংশিদবা অমনা লুচিংদুনা মমৌ লুপিবু হয়াও হয়াও লৌশিনলম্মি। যমুনানা ইমুংদা চংখিবা উবদা উমেশনা অশাওবা খোনজম্না হায়রকই — — “ওকতবি অসি লৌশিনবা ঙম্রোয় ;

অপেংবা ঐপী দৈন্নাং চার নম্ভে। মহাকপু মকম অসিদা থব্বিরমগনু।

কম্লমবদপী শ্যামবাবু হোগংলছুনা ঐনা হায়রিবা অসিনি যমুনাবু অন্নাবদা লংশিনগে থনগনু। ঐ চংলে, হায়রম্নগা চংব্রে

মমা মচা অনিনা মুমিং চুম্না থম্নবদা উমেশ্বরনু মহাক্কি ওইন্নমগন্না নিংব্রে। মমাস্ন মচা নিপাপী ওইন্নমগনি থনব্রে। অছুবু উমেশকি ন্নাথল অমদি দৈরি। ন্নাথল অসিনা যমুনাপী মকমদা অন্নাব। অমা ওইরগনি হায়বা ন্নাই।

অচুম্বতা ভাংছুনা অচুম্বা ন্নাজেলম্বা শ্যামবাবুনি। ওসিদি থংদ উদবা অমবু অচুম্বা ওইহন্দুনা ন্নায়েল কল হায়দোকব্রে। মপুকথোক্কি মচাবু তমথিবা ভিংথংলক্তা লংশিনছুনা ওকতবি অমা ওইক্লবগীদমক অন্নাবা কংহনগদৌথি। মসিনা ওইন্নে নিভোলশিংনা নিপাপী পুকচেনদি শুংদপীস্ন হেম্না কন্নি হায়রিবা।

———— ——

# চাওবী মৈখু

ইচিক হুনবনা নুংশিগি য়াইরেকক্ষমানি
মিৎাক পিনা নুংাশিগি খুদোন্নি।
বিদায়না নুংশিগি পনথুংনি।
খাংজমদনা শেৎনবা নুংশিগি পোলোয়নি

## ২০ শুবা শরুক

# তিঙ্খংলক্তা যমুনা

ঙসিদি যমুনা মমাংঙৈগী মতৌগুম উমেশ্বরগী লোইনবি ওইদুনা য়ুমগী মো অমুক ওইরে। অরাবদি য়াখল্লা অনাবা মী অমা ওইনা লৈখিবনা মপুমোইবা অমদি মনেমবোক্কি য়াথং মঙিক চান। ইনবা ঙমখিদ্রে। চিঙ্খিবি মনেমবোক্না মহাক্কি মতৌদা তংতবা অথিবা য়াহৈনা চৈরি। মঙোন্দা চৈবদগী তেন্দোক্নদুনা য়ুমথংনবা কয়াদা ওক্কবী অমবু ইমৌ ওইক্নবদগী ঐ অসি জাং তারবনি। মকমময়াং থংদনা ইরাংদা লৈকয়গা মতুগী কল কংলক্লবা মতমদনা ঐখোয়দা লাকদুনা লৈরগিব অসিদু ঙৌবা ঙমগ্রনে ? ঐখোয়দি ইমান্না পোকপদগী থেংনয়কত্রি। ঙমা তান্নিবা নোংঙানবদগী তুম্মিংতাবা কাওনদা নায়বনি হায়দুনা কমদুনা হিপতুনতা লৈ। মমা মপানি শায়দুনা ঙৌরিবা অসিমক্তু মীনা পাম্বিক্রমাল্লে থংদবা শারদনা হেক পিল্লাক্লবানিসে। মশা মঙোমদসু লাকত্রিবনিনে ? ইচাগীনেসু থংদে মীচাগীনেসু থংত্রে খোয়জি থাদা অমসু লোয়নরক্রিবনিসে। অসিগুম্বা তুগী অসিবু করম্বা তুগীনো, ঐখোয়দা ওইরমলবদি নহান্না তাইবং অসি থাদোক্লমলগনি। ইকায়বা থংদবি অমা ওইবনা তাইবং অম্রিদা হিংদুনা লৈখিবনি—ঙাংলুরি। অসুম্না য়ুমথোং খুম্মিং মহাক্না শংলোনক্লুবদগী থংলমদবা মীপুম থংনরক্রে, তারমদবশিং তাগ্রক্লে।

মৈতৈ ঐখোয়দি মিয়া ঙাংনজরগা দুঙাইজরিবনি। অনি তিরে ঙাংনরে, অহুম তিরে শোয়রে, মরিশুরে রান্নিনরে—যমুনাগী মরমদা। মিওইবগী মপোক্তি দুংশিনবনা কোঙ্গায়নি দুংশিনদবনা কোঙ্গায়নি। যমুনাগী মরমদা মনেমবোক্না রাগ্নিনয়বসিদা মনেমবোকপু দুংশিদবা মীগী মকমদা থোকলুরবদি মহাক্না চৎপ্রবা মতুংদা মসিগী দুগী অসিদি চিনকবি ওইমা তৌরদনা মচানা মতম অহুক দৃষ্টনা পায়রবামক্তদা চবেং চবেং ঙাংলিবনি শোয়হৌই। যমুনানা ইমুং অসিদা লৈবা দুমিত্তগী ইমুং অসিগী রাগ্নিনা য়ুমথোং থুদিং অয়া পোথানপ্রে।

দুমিং তাপ্রবদনা উমেশ্বর অঙকপা কিত্তমদা তুরোই ঙাপ্রোয় চংলকতুনা যমুনাবু ওৎপিরি। নোংমতা নত্তে দুমিং থুদিংগীনি। মহাক অসি বামোন ওইরবসু বামোনগী লমচৎতগী তোঙাপ্রে। মমানা ঙাংগদবসু যমুনাবু দুংশিদবদগী ঙাংখিদ্রে। ওসিগী অহিংসু উমেশ্বর মপুক পেন্না থক চারুরবা মতুংদা মতুগী ময়াইনা হাইরং হাইরং ইমুংদা চংলকই। মমেক লৌকম থংজবা রাহৈনা ইমা চাক কনামা থোংই হংলকই। ইমানা পোংলনা কনানা থোংগদগে মমাগী পাওথুমনি। উমেশ্বর পাজল মরেং তাম্নবি রাথল তনা লাইন' ওইরবি যমুনাগী মনাক্তা চংলকলে অমসুং হায়রকই—"যমুনা নংনা ইমুং অসিদা নিংথৌগী দুপি শাহুনা চায় তুম্বা তৌহুনা লৈরিবনি। চাক অসি নংনা থোংবা য়াত্রা"?

কিবনা মশা নিকলবি দুজানা কয়িগুম্বা পাওথুম অমা কাওবা পিদনা তুমপক তাশিন্দুনা লৈপ্রে। মীনা হায়বমক্তদা

থুমদবা শারি ঙাংলছনা উমেশনা শুপলিবা কি চিংথোকলুরে। যমুনা কমুংদা থক থক নিকছনা ককলাংলোমদা ভাশিনছনা খাংজরি। যমুনাগী মশাবু উরগা উমেশ্বর করিগুম্বা অমা নিং-শিংলকলে, হংলকই।

"ওসিদি শেংনা থুমউ! ভাইবং ইছন ভমছনা লৈরাং মরু তল্লিবত্ত কনাগীনো? অশেংবা ভাকত্রবদি ঐবু কত্তে হায়রগনু"। মুক্তা ওইবি মহাকত্তো উমেশকি রাহং ভাবদা খংহৌদনা পিরাং শিন্থরকলে। খম্মোরমুংদা থাপ্পা লৈপ্রবা পাখং মাবু নিংশিং-লকলে। মুংশিবা শক্তমবু রাখল্লা লাকশিন্দুনা পামজবা মহাকি মরুম থুপত্তুনা উমেশ্বরগী তমখিবদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনজরি।

আশানা পামজবা মহাক্কি মরুম থুপলুরবস্থ কম্বি ভৌবা ওমগনি উমেশ্বরনা অমুকস্ত হংলকই। অত্তবু মুক্তা ওইবি অত্ত থুমখিত্রে। কম্বি ভৌরে নিংশিবি নহাকপু! অত্তুঙৈগী রাখল পরিং চুমত্রিঙৈ ইরাংগী কৈথেল কারিঙৈদা নমাংদা লেপলিবা পাখং মহাকি মফমদা থরাই হকচাং কংথোকলুবা নত্রা? ওসিদি মহাক অত্ত কম্বি ওইনা নিংলুছনা রাহংগী পাওথুম পিক্লিবনো? মহাক অ'স নহাক্কি নপুরোইবনি কাওরব্রা? কাওব্রবস্থ নিং-শিংউ মহাক্কি শকতম অসি মুম্না য়েংউ- — চিকলবা মতমদা কৌজেং হাম্বৌনা মপানলোমদগী খোংলকপা খোলজেন্দা যমুনানা ভাক্লবা রাখলশিংনি।

"কম্বিগী ভুমিম্না লৈরিবনো? হংলিবসে নহাকি নপুরোইবনি"। হাকলবা উমেশ্বরগী খোনকমনি। ক্বিবনা মশা নিকলবস্থ হংলিবা

য়াহংগী পাওথুমদি মুক্তা ওইবিনা পিগে নিংখিত্রে। ভুমিন্না লৈহনা তৌনিংবা থবক তৌরকপদা মাইয়োক য়ায়গে নিংগ্রে। শাওখিকনা উমেশ মশা থক থক নিংগ্রে, মতোমদা তৌকম থংলকত্রে। অত্তগীসু মথক্তা মন্নাই কায়বা হিদাক অম থক্রকপগী মগুনগা অনিনা পুনখিনবগা মশা পুম্বা অশাওবনা য়োমগ্রে। শায়বা ঈনা হকচাংগী শিংলি খুদিংমক্তা লৈগ্রবদা কনানা অশাওববু নমহংপা ঙমগনি ঙসি উমেশ্বর থরাই শোক্লা শাওখিবনা যমুনাবু শাখিবা চৈনা পিত্তুনা মহাক্কি তমখিববু থংহনলি। অথিবা য়াহৈ কয়াগা লোটননা পাক্সগ লৈতত্রবি লাইবক চাওবিগু ফুবা হোৎত্রে। কল্পবা উমেশ্বরগী শাফুনা যমুনাবু অরাগদ লংথরি উমেশ্বরগী মমানা তৌরিবসে খংদবা নত্তে থংলিবনি। খংনা থংনা ফুংশিদবা মীবু ফুরবদি তুমন্না লৈখোকত্রে। শাখিনা ফুবকলবা কাওবদা নিংগ্রবদা হোংলংরাষ্ট খনগ্রবদা যমুনানা য়াহংগী পাওথুম পিখত্রে।

মতম্না কুইশিল্লক্রবদাদ উমেশকি মমাত্ত ফুংশঃ পিজিনলত্রে। "ইবেম্মা শকহেনবি ওক্তবি নত্তাকপ কোক হায়দোকপা য়াত্রা" কমুংদগী লাওবকই মতম অসিদা যমুনানা খম্মোয়দা ভুমিন্না পাওথুমলকই— "ঐ অসে মিয়াম পুন্নমক্লা ওক্তবিনি হায়রবসু হায়জসনু। ঐগী ফুংশিবগীদমক্তোন থরাইনা হকচাংদগী লাপখোকত্রি কাওবদি হায়দোকগ্ররোই।

ওক্তবি শা ঙানা চংকদবা লমচংনা নশা পুম্বা য়োমাশল্লবী নহাক্লা মকম অসিদা ইকাইবা থংদনা চংজরকপা শারি, ঙাংলা অংলহনা উমেশ্বর—মপানলোমদা খোকত্রে। মশা অত্ত চোকও

থরহ্না ফুরম্বা তোক্লবহ্নুদি মুজা ওইরিদো থরা শাকয়ে । অরাবদি চৈন। অমদি রাখলগী লাইনা খাংবদা যমুনা য়ান্না রারে, ঘর কাওবা মত্তেক মতেক হোল্লে। ও! তাইবংলক্তগী নিংথবি ভাসদি পলেম পন্থৌ অনিগী মকমদা লংজরুবনা ডিংখংতনা থল্লবা উম্মুদা রাখেল কার্তি মখা পোন্দুনা লৈরুরে। খাক্লবা ডিংথংনা মুরবদা হন্দোক্‌-পনবা মহাক্তি লমদম তামখিবনা অরাবা শকলাংবঃ তারেদো যমুনা-তাইবং লিলা ক্ষমপাকপু কাওখোক্লবা রাখল মৈরা চুরকলেদো।